অকোঙ্ব :—

আর, কে, এস সিংহ

শীংজমৈ রাংম পুখ্রম্বম লৈরক, ইম্ফাল।



১৯৭১ ইং

মশীং— ১,০০০

ছাপা নম্ফম :—মণিপুর গীতা প্রেস, শীংজমৈ, ইম্ফাল।

## কচ্চব

অনৌব যুগকী অনৌব ঋষি

সর্ব্বশ্রী

স্বামী শিবানন্দ সবস্বতী মহাবাজগী

অমব স্মৃত্তিদ লাইবিক

মচা'সি কচ্চবি।

আর ক এস সি হ

# ৱাহৈ অমত্তং

ৱারী মচাশিং অসি সর্ব্বশ্রী স্বামী শিবানন্দ স্বরসতী মহারাজগী "স্পিরিচুয়েল ষ্টোরিজ" "নেসেস্সিটি ফোর সন্যাস" অমস্তুং "জপ যোগ" হায়ব লাইরিকশিংদগী লৌখোকপনি। তোপ-তোপ্প ৱারী মখলনি হায়দুন মীতৈলোন্দ-পুথোকচবনি। মসিগীদমক "ডিভাইন লাইফ সোসাইটি, হৃশিকেশ, শিবানন্দাশ্রমদগী অকক্নব স'ত্ত্ব থরগী মখাদ রোয়েলটি পীদুন অনুমতি লৌজবনি। মসিগীদমক আশ্রমগী কর্তৃপক্ষশিংবু থাগৎচরি।

লাইরিক অসি ফোঙনবগীদমক মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগন শেনগী মতেং থর পীবিবগীদমকস্তু থাগৎচরি। লাইরিক অসি নম্বদ বানানগী মরমদ থোইদোকপদি মৈতৈলোনগী চাবা, থকপা, চৎপানচিংব রাহৈশিংদ য়াওরিব '৷' অসি লৌথোকচরে। অদুবু, লৌথোক্লে হায়রিব অসিমকস্তু লৌথোক্তব মতাং কয়াস্তু য়াওরে। অদুন লাইরিক অসিদ বানানগী নিয়ম লৈতবগুম ব্যবহার কায়ব কয়া য়াওখ্রিব অসিগীদমক ঙাকপিগনি। পাঠক-শিংন চুমথোক্তুনা খঙবিব য়াব অরুম-অয়াং, না-পুগী অরানবশিং অদুদি চুমথোকচরে, অদুবু রাহৈ ওইন লানব থরদি "অরানব চুমথোকপ" হায়ব লামায়দ হাপচরি। অদুগীস্তু মথক্ত মৈতৈ-লোনগী লাইরিক্তি হায়ব অসিদ ইংলিস, হিন্দি, সংস্কৃত অমস্তুং বাঙ্গলানচিংবগী ৱাহৈ থর য়াওখিবগীদমকস্তু ঙাকপিগনি।

মণিপুর গীতা প্রেস, শিংজমৈ বাজারগী মেনেজর তাদ শ্রীওইনাম মণী সিংহ, অমদি ওঝা শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ অনিন প্রুফ লৌবিব, শেন-থুমগী থোইদোকপ কনসেসন পীবিব অমস্তুং মতম চান লোইবিব অসিগীদমক উক্ত ভদ্রলোক অনিগী মফমদ থৌ'রমল উচ্চরি।

অশোয়ব অরানব পুন্নমক পাঠকশিংন ঙাকপিগনি।

আর, কে, এস, সিংহ

# হীরম-লামাই

হীরম — লামাই


১। সাধুগী লম্বী — — ১
২। দুর্লাদগী দরবার — — ২
৩। ডাকু মরি — — ৫
৪। শাস্ত্রী অমসুং ভদ্রলোক — — ৭
৫। ভৌদোংন মিৎতাঙব, মিহৌবন মিৎতাঙব — ৮
৬। গাধাগীদমক লৈবাক পুম্বন অরাব
ফোঙদোকপ — ৯
৭। মহাত্মাগী ৱারী অহুম — — ১১
৮। লাম্ন শক-তাকপ — — ১৩
৯। গুরুগী কৃপা — — ১৪
১০। পোৎ অমসুং মমি — — ২১
১১। সুংঙাইবদি নশাদ লৈ — — ২২
১২। অরোৎপ লনগৈ — — ২৬
১৩। থরায় অসিন খ্বাইদগী হেন্ন পাম্মৈজে — ২৭
১৪। মায়া অমসুং মেজিক তৌব — — ৩১
১৫। খ্বাইদগী পামজব — — ৩৩
১৬। নিংথৌগী হৌদোঙগী ৱারী — — ৩৪
১৭। অঙাং অমগী লৌশিং — — ৩৫
১৮। চুগী ৱারী — — ৩৬
[illegible] [illegible] অমসুং [illegible] — — ৩৭

| হীরম | | | লামাই |
|---|---|---|---|
| ২০। ওক অমগী ৱারী | — | — | ৩৮ |
| ২১। পেনব তম্মু | — | — | ৩৯ |
| ২২। নংগী মুপীদু লুখ্রা ওইরে | — | — | ৪০ |
| ২৩। লম্বোইব অমগী ৱারী | — | — | ৪১ |
| ২৪। নিংথৌ অমসুং লম্বোইব অম | — | — | ৪১ |
| ২৫। মীওইবগী মুংশিবদি অহোননি | | — | ৪২ |
| ২৬। মদু হৌজিক পীযু | — | — | ৪৩ |
| ২৭। রামদাসকী ৱারী | — | — | ৪৪ |
| ২৮। শিবাজীগী ৱারী | — | — | ৪৫ |
| ২৯। সদাশিব ব্রহ্মেন্দ্রগী ৱারী | — | — | ৪৬ |
| ৩০। রাজা গোপিচান্দগী ৱারী | — | — | ৪৮ |
| ৩১। রাজা ভার্তিহারিগী ৱারী | -- | — | ৫৩ |
| ৩২। পাটিনাটু পিল্যাবগী ৱারী | — | — | ৫৫ |
| ৩৩। মহাত্মা কবির অমসুং মচানুপা কমল | — | — | ৫৯ |
| ৩৪। ধ্রুব | — | — | ৬০ |
| ৩৫। শিষ্য অমগী ৱারী | — | — | ৬৩ |
| ৩৬। শঙ্গোম য়েনবা অমসুং পণ্ডিত | | — | ৬৫ |
| ৩৭। রামায়নগী ৱারী অম | — | — | ৬৬ |

# আধ্যাত্মিক্কী ৱারী খর

## ১। সাধুগী লম্বী

সুবোধ অমসুং বিবেক কৌব পাখং অনি অসি মখোয়গী সন্ন্যাস ওইরব গুরুগী আশ্রমদ লৈদুনা বেদ শাস্ত্র তমই। মখোয়গী মহৈ তম্বসি মপূং ফারক্কদৌরে। মখোয়না গুরুগী আশ্রমদ তৌব সাধনা, মহাত্মাশিং, গুরুশিংগী সৎসঙ্গ অমসুং শাস্ত্র জ্ঞানগী মরম ওইদুনা মখোয়না নিভৃতি মার্গ চঙনীংলে। মতম পুম্নমক্ত আত্মজ্ঞান ফংনব সাধনা তৌনীংলে।

নোংম গুরু পূর্ণিমা নুমিৎ অমদ মখোয়না গুরু অদুদ মখোয়বু দিক্ষা পীবিরো হায়জরমই। শিষ্যশিং অদুগী পুক্নিং চঙব উবদ গুরু অদু য়াম্না নুঙাইজরমই অমসুং মখোয়বু থাগৎপগা লোয়নানা খরদং খন্নখো, য়াম্না থুনা অরুব থবক্ত নপুক্নিং লেপকন্নু হায়রমই। "সন্ন্যাসি ওইবসিদি মৈ ঈকপ অমনি। নখোয়না মসিবু পায়ত্রিঙৈদা হায়রনা মতুংগীদমক নীংথিনা শেম শাখিগদবনি। অদুগ নখোয়দি সংসারিক জ্ঞান নত্রগ অভি-জ্ঞান অমতত্ত লৈত্রি। নখোয়না আশ্রম অসিদ লৈদুনা ফংলিব বৈরাগ্য অমসুং লাইব্রিক্তগী ফংলিব জ্ঞান অসিদি অচুম্ব ওইব য়াই; চুমদবসু ওইব য়াই। অদুগ জ্ঞান অসিদ পুন্সিচুপ্না লৈবসু য়াই, লৈতবসু য়াই। পুন্সিগী মতাং অমদ নংবু অপাম্বনা পুথিবসু য়াই অদুনা এন খনবদি সংসারগী হাক-থেংনব জ্ঞান খরনা চাং য়েংদুনা বৈরাগ্য সাধন তৌবনা ফগদ্রা খল্লি। ওসি অসি শেংলব গুরু পূর্ণিমা নুমিৎ অদুনি। অদুনা চৎলো পাক্লব

সংসারদ খোঙদাকুরো, চহি অম চুপ্প লৈবাক কোয়রু। নখোয়না জাৎ জাৎ য়াম্ন খণ্ড-উরকনি। সংসার অসিমক নখোয়গী খ্বায়দগী কব ওঝানি। নখোয়গী নমিৎ, নবা পূন্নমক লাওন হাংদোকউ অদুগ খণ্ডজিল্লু, তমশিল্লু। তৌইগুম্বস্নুং নখোয়গী মচিন অদুদি খুমজিল্লু। সংসারিক অম ওইনদি খোঙদাকপস্নু অদুবু য়েংব অমদি তম্বদি লেপ্প য়াদে। হেক য়ারিবমখৈ জ্ঞানীশিংগ লৈমিন্নবব হোৎনৌ, মসিগী খুদোং চাদ্রগ নখোয়দ তোঙাম্ন লৈয়ু। অদুগী মতুংদ চহি অমসি লৈকয়গ অমুক হল্লকউ। অদু ওইরবদি নখোয়স্নু সংসারিক জ্ঞান লৈরগনি অদুগ নখোয়ন অমুক চেল্লরোই হায়বদুদস্নু ঐগী খর থাজনীংঙাই ওইরনি। ঐগী গুরুদেবগী কৃপান নখোয়দ থৌনা অমস্নুং জ্ঞান পীবিসনু"।

নহা অনিদুন গুরু খুরুম্নগ আশ্রম থাদোকখ্রেন চৎখ্রে।

---

## ২। 'দুর্লাদগী দরবার'

থংনব লৈবাকী রাজ দরবারদ অহৈ-অশিং পণ্ডিত য়াম্ন লৈ হায়ব তারদুন নাহা অনি অদু মকম অদুদ চৎখ্রে। মিংথৌ অমস্নুং দরবারগী পণ্ডিতশিংন দরবার মীয়ামগী মমাঙদ শাস্ত্রগী বিধিগা লোয়নন, য়াম্না হয়াওন মখোয়বু ওকপিখ্রে। অদুগ নিংথৌ মশামক অদুদি ফাগী ফরাং পাম্ব মীতা অম ওইরম্মী, অদুন মাদি তম্ব থোৎপগী অরাবসি থোইন থেংনখ্রি।

কনাগুম্বা য়াম্ন হৈ-শিংলব ৱারেমগী পণ্ডিত অম নিংথৌগী অপঙব মতৌ অসিগ চানরুরে। অদুন মান নিংথৌ দরবার চঙতুন মাগী হৈশিংব উত্তন মরাইবক চাং য়েংগে খনখে। ।

নিংথৌন মাগী হৈশিংব অদু প্রমাণ তৌত্নন উৎলু হায়রক্লবদ পণ্ডিত অদুনা হায়—

মহারাজন শ্লোক অসি তাবিরম্লগনি নংই।

"শুক্লাম্বরধরং বিষ্ণুং শশিবর্ণং চতুর্ভুজং।

প্রসন্নবদনং ধ্যায়েৎ সর্ববিঘ্নোপশান্তয়ে ॥"

শ্লোক অসিন হায়রিবসি করিনো? দরবারগী রাজ পণ্ডিতনা প্রভু মহাবিষ্ণুবু ওইরমগনি হায়না খুমলে।

নত্তে, নত্তে মসিদি অরংব লুপাগী চান্দিবুনি, লুপা চৎপী চান্দি অসিদি সংসারগী মফম পুম্নমক্ত শীন-থুনে লৈবনি। মসিদি মফম অমত্তুদ লেঙদন লৈব নত্তে। মসিদি পূর্নিমা থাগুম্বনি। মসিগী আনা মরি মরি লৈ। মসিন মীওইবগী অৱা অনা পুম্নমক কোকপিব ঙমই হায়না ৱারেমগী পণ্ডিত অদুনা খুমলে।

নং অসি ঐখোয়গী রাজ পণ্ডিতশিংদগী হেন্ন হৈরে। মসিদ চিংননীংঙাই লৈতে হায়দুনা নিংথৌন হান্নগী রাজ পণ্ডিত অদুবু তাম্হোক্লগ ৱারেমগী পণ্ডিত অসিবু মাগী মঙ্গুত্তা রাজ পণ্ডিত হাপ্লে। মতৌ অম্নুম্ন লৌনম চাউরব লুপা অসিন লুপা য়াম্ন তানশিল্লে। মতাং অসিদ হান্নগী রাজ পণ্ডিত অদুন মশান পণ্ডিত ময়াম কৌরগ মাগী দশা অদুগী মরমদ ৱারী তৌনরে। অদুন ওইরব পণ্ডিত অমন লৌনম তৌব পণ্ডিত অদুবু মায়থীব পীদুন নিংথৌ অদুবু পারা

অম তম্বীনীংলমই। অহন অদুন মশক লোত্তুন চৎখ্রগ নিংথৌদ মঙোন্দগী হেন্না হৈব পণ্ডিত অমত্ত পৃথিবী অসিদ লৈতে হায়রুরে।

নিংথৌ :— অদুদি নংগী নহে অচু খুদম পীদুন তাকউ।

পণ্ডিত :— মহারাজন শ্লোক অসি তাবিরম্লগনি। "শুক্লাম্বরধরং ... .... .... শান্তয়ে॥" মসিগী অর্থ খণ্ডবিররব্রা ?

হোয়. হোয়. ঐগী অহান্নব রাজ পণ্ডিত অদুন হায়, "মসিদি বিষ্ণু ভগবানবুনি।" অতোপ্প পণ্ডিত্তুন হায়. মসিদি "লুপা চৎপীবুনি."

মথোয় অনিমক লাল্লে। মসিদি দহি-বাদাবু হায়বনি। শঙ্গোম মপানগী বাদ খণ্ডবিরেদনা ! হায়না পণ্ডিত অহল অদুনা হায়।

"অদুদি য়ায়বু সুংঙাইরিনে। কমদোদন ওইরিব অদুদি ব্যাখ্যা তৌদন পণ্ডিতজী!" হায়দুনা নিংথৌন হায়।

পণ্ডিত অহল অদুনা হায়— "লুপা চৎপী অসিদি অঙৌব ফি নত্তে, তৌইগুম্বস্নুং দহি-বাদাদি অশেংবনি। মসিদি থাঙ্গৈশেংব শঙ্গোম মপানগী ফিনি। মসিদি কনবিব মপুনি। মসিদি পূর্ণিমা থানি। মসিদি বর্ণ মরিগী মীন চানব চিঙ্গাক্লি। মসিগী রাখলতন মী অমবু সুঙাইহল্লি। অদুন কনাগুম্বন দহি-বাদাবু ধ্যান তৌগদবনি অমসুং চাং নাইন চাগদবনি।"

অঙকপনি, পণ্ডিতজী। শোয়দ্রে সুপা অনি অদু তশেংন লাল্লে। লাইবক ফবদগী ঐগী অনিশুব পণ্ডিতন ছুটি চৎখি্রৈ অসিদ ঐনা নংবু রাজ পণ্ডিত হাপ্লে।

"হায়গী পণ্ডিত শাব সুপা অদুন নিংথৌবু লৌনম তৌরমলে" হায়রব মতুংদ মশক লোৎপা অংন ওইরবা পণ্ডিত অদুনা

মাগী মশক লোৎপদু শক খওহল্লে অদুগা হায় "ঐবু শক খওবিব্রা? ঐদি হান্নগী পণ্ডিত অতগী মরুপনি। মহাক্তি অশিংব মী অমনি। মগাক্কী শ্লোক অর্থ অদুতন অচুম্বনি, মসিদি মহাবিষ্ণুগী শ্লোকনি। ঐদি চুম্নগী মহারাজগী মুণ্ডাইনবগীদমক লাকচবনি। অদুবু মহারাজ! অদোম্ন পওদুন স্থম লৈবিরবদি লৌনম ত্তৌব ফত্তব মীশিংন লাম্ন লমজিংব তারে। অদুন অশিংব ওইবিয়ু। হান্নগী পণ্ডিত অদু কৌশিনবিয়ু। অদুগ মহারাজস্থ শাস্ত্র তম্মীয়ু। অদু ওইরবদি অদোম্ন অদুম অচুম অরান লেপ্প ঙমগনি। কনাগুম্ন অমত্তন লাম্ন লমজিংব ঙম্লোই।

নিংথৌ অদু ভাব তারক্লে। সুবোধ অমসুং বিবেক অনি অদু অহানব পারা অসি তয়ে, অদুগ মখা অমুক চৎখখরে।

---

## ৩। 'ডাকু মরি'

সুবোধ ১সুং বিবেকন অয়ুক অঙনবদ জঙ্গলগী লম্বী অদুদ স্থম লাকপদ সাধু অম লম্বীদুদ চেল্লকপ থেংনরমই। "শিরে, শিবদগী হেম্ন ফক্রে। ঐদি নোংশা নত্রগ কৈদি কিজদে; অদুবু মসিগী পৈশাসে, ইশ। সংসারগী খরাইদগী মাঙনব মচাকসে।" হায়ন সাধু অদুন লাউ-লাউদুন চেম্বদু মখোয় অনিদি জ্ঞান তাদন মাঙদ অদুম চঙশিল্লমই। অদুগ ডাকু মরিখক্র শেন ময়োম অনিখক পায়রদুন, নোক্কুন, ফাগী ত্তৌনবদু উরমই। মখোয়গী মকোক ওইবদু মপূক লামলম্মী। মান মাগী মরুপ অনিখক চিঞ্জাক খর থিরুনব থাখে। অনি অদুন

চৎখ্রবদ মকোক ওইব অদুনে মথং অদুনে, লুটকী পোৎ অদু শরুক য়াম্ল থংবা পাম্নবদগী খৎনরম্মী। মখোয়গী মপুক অদুদ লাই-ফত্তব চঙখ্রমাল্লে মখোয়ন চৎখিৱ অনিদুগী শরুকস্তু য়াওন লৌশিল্লবদি পৈশা য়াম্লগনি হায়ন খল্লি।

মতম অদুমক্তদ কৈথেন্দ চিঙ্গাক থিব চৎখিৱ অনি অদুনস্তু ৱাখল ওদুম্ন খল্লি। লূচিংব ওদুনে, মথং অদুনে হাত্তোক্লবদি মখোয়ন পৈশা পুম্নমক ফংলগনি অমস্তুং শরুক য়াম্ল য়েম্নগনি। অদুন মখোয়ন কৈথেলদগী লৈরকপ চিঙ্গাক অদুদ হূ হাপচিল্লে।

মখোয়ন হাম্নগী লোৎফম অদু য়ৌরদুন চামব পোৎ অদু হেক থম্বদ লূচিংব অমস্তুং মথং অদুন চোংশিল্লক্তুন ডাকু অনি অদুবু হাত্তোক্লে। অদুদগী মখোয়ন শেলগী শরুক হেম্ন ফংলগনি হায়ব জুঙাইজব ৱাখলগ লোয়নন হূ হাপ্লব চিঙ্গাক অদু চারুবদগী শিরে।

সুবোধ অমস্তুং বিবেক অনিন থোকল্লিব পুম্নমক অসি য়েংলগ ৱা অসি হায়রদুন মখোয়গী লম্বী মখা চৎথখি "মীওইবগী থরাইমক অসিবু হাৎপ পৈশা হায়বসিদ ইবুঙো যমরাজমক্ক করিস্তু তৌনীংঙাই লৈতে।"



## ৪। 'শাস্ত্রী অমসুং ভদ্রলোক'

নোংমদি মখোয়না ধর্ম্মশালা অমদ চঙডুন পোথারম্মি। ধর্ম্মশালাডুগী হেক মমাঙমক্তুদ লৈরিব লম্বী অগুদ মরুপ অনিথক ৱারী শানরি। মখোয় অডু মতম অমদ লাইরিক ভন্মিম্নরম্ব মরুপ-শিংনি। অমন শাস্ত্রীনি অদুগ অমন ইরাং তৌজব ভদ্রলোক অমনি।

"ও শাস্ত্রীজী! কদাইদ লেঙবিগদৌরিবনো?"

"কলিকতাদ ধর্ম্ম সম্মেলন অম য়াওব চৎচগে তৌবনি।" অদোমদি কদাইদনিনা? "ঐস্থ কলিকতাদ চৎচরিবনি" সম্মেলন অগুগী ওইরব্রা?"

ওঃ অদোমগী ধর্ম্ম সম্মেলন হায়ব! ঐবু অদোমদৌন নাত্তে চাদব মী অম ওইরবোই নীংব্রা? নত্তে, ঐদি ইন্টর নেসনেল ফিলম ফেষ্টিবেল য়াওব চৎপনি। করিগীনো, অদোমগী খুন্নুংগী চৎনবী ময়াম অসি থাদোক্তুন পুন্সি অসি মুন্ডাইথোক্তিব্র করিগীনো? ভারতবর্ষন চাওখৎত্রিবসি নখোয়গুম্বসি লৈবদগীনি। আমেরিকা অমসুং নোংচুপকী জাতিশিংদ য়েংউ। মখোয়ন কয়া চাওখৎলিব! অদুবু অদোমদি চৎনত্রব চৎনবীশিং অদুদ শিখাং থাঙডুন লৈরে। মতম অসি হোংলবনি, অদুন নংগী মিৎয়েংস্থ হোংব তাই। নংগী ধর্ম্ম, দর্শন অমদি পুন্সিগী মিৎয়েং অদুন মাঙলক্লবদ থাপ্ন হুন্দোকখিগদবনি।"

ও, নখোয়গী পাজিদি কমদৌরি? মাদি কয়াম্ন অহল ওইরে?"

"মা লৌশিংক মশাদি যাম্না ফবি। চহি'দি মরিফুমঙা সুরে।"
ন নীংবদি, অদুদি হুন্দে'কখিব যান অহল ওইরেনা"।
"করিনো, মচোংপাক নাইদন ঙাঙলিবদি, শাস্ত্রীজী ?"
ভদ্রলোক অদুন শাস্ত্রীজীবু খুপাক্ক থাগে হৌবদা চেংথাকখ্রে।
সাধক অনি অদুন মসিবু ঙক্ক য়েংই অদুগ মখ চৎথখ্রে।

————

## ৫। 'ঙৌদোংন মিংতাঙব : মিহৌবন মিংতাঙবা'

সুবোধগী মমিত্ত কয়লা মকুপ চঙখ্রদুনা সাধক অনি অদুনা মনাক্ত লৈব মিৎকী লাগয়েংশঙ অমদ চৎখ্রে। ডাক্তর অদু চৎপোক-খরম্মী। মখোয়না অতোপ্প মিৎকী অনাব মঙা অমস্ত থেংনরমই। মখোয় অসি ঙৌদোংগী ওপরেসন তৌরবশিংনি। মখোয়বু মকোক লেঙদনা লৈনব হায়রম্মী। মখোয়গী মমিৎশিং অদু য়াম্না চেৎনা পুনশিল্লমই।

করিগুম্বা অমন অহানব অনাব অদুদ চোংলকই। অদুন অনাব অদু চোংখৎলি। অদুদগী মান খল্লি; "হে ঈশ্বর, ঐগী কোক অসি হেক লেঙবদ মিৎ অসি সুপউ উররোই হায়দুনা ডাক্তরন হায়সে। ঐদি ফম্লুরে। শোয়দ্রে ঐ মিৎ উররোই। অদুগ ঐগী নাকন্দ লৈরিব সুপাসিদি করিগী ফগদোরিব। ঐন মিৎ তাঙলবদি মাস্তু মিৎ তাঙবনা চুমই।" মহাক্ক থংনব সুপা অদুবু তিংখগুনা নীল্লুরে। মহাক অদুম্ত ফল্লে। মতৌ অসিদ অনাব পুম্নমক ফল্লে অমস্তুং খৎনরক্লে।

ডাক্তর অদু লাক্লে অদুবু ভোৱম্লিব অদুদ য়াম্না নুংঙাইত্রে। "নংন নংগী নমিৎ মাঙহনবদ নত্তত্ৰ অভোপ্পগী মমিৎস্থ মাঙহল্লে। নংন কয়াদ ফৎখ্রিদ্রব থবক ভোৱবনো ?"

---

# ৬। "গাধাগীদমক লৈবাক পূম্বন অৱাব ফোঙদোকপ"

স্নবোধ অমস্নং বিবেক অনিসিন মখোয়গী লম্বী অস্নম চৎথখিবন মখোয়ন হজ্জামগী দুকান অমদ থুংলরে। মফম অদুদ মী ময়াম্ন মকোই কোক্কদবগী ঙাইদুন লৈরম্মদু থেংনরুরে। লম অদুগী ইনাকখুনব সমাজ সেবক অমস্ন লাক্লমই। মহাক্ন মকোই কোকলিঙৈদ ধোবী অমন লম্বীদ কপ্ল-কপ্লদুন চৎলমই। "করি ভোরে ? করিগী কপ্লিবনো ?" হায়দুন ইনাকখুনব অদুন হংলমই। "শেঠজী ঐন করিবু হায়সিগে ? গন্ধর্ব্বসেন অদু শিরে।" "গন্ধর্ব্বসেন হায়বদি কনানো ?"

ধোবী অদুন নীংখিন জ্ঞান ভান পাউখুম পীরমদে। "ও। গন্ধর্ব্বসেন হায়রি'সিদি অচৌব পরোপকারি অমনি। গন্ধর্ব্বসেন লৈত্রবদ ঐন করম্ন লৈরুরগনি।" মসি হায়ন-হায়ন মহাক (ধোবী) অদুম চৎখ্রে।

সমাজ সেবারি অদুন খল্লি গন্ধর্ব্বসেন হায়ব পরোপকারি

অসি অচৌব মহাত্মা অম ওইরম্ব তারে। "ঐস্ন মহাত্মা অসিগী-দমক অৱাব ফোঙদোকপ তারে।" হায়ৱমই অমস্নং মরু কোক-থোক্লমই।

মহাক্ন ময়ুমদ হল্লকপদ লম্বীদ পুলিস ইন্সপেক্টর অমগ থেংনৱমই। লুচিংব অদুগী অৱাবম থল্লব শকশম অদু' উবদ ইন্সপেক্টর অদু ঙক্লমই অমস্নং হংলমই। ইনাকখুনব লুচিংবদুন খুম্লকই "অচৌব অৱাব অম ওইরে ইন্সপেক্টর সাহেব,! গন্ধর্ব্বসেন কৌব মহাত্মা অদু শিরে।" ইন্সপেক্টর অদুস্ন সেঠ অদুগী মতৌ তমনিংলদুন মহাকস্ন মরু কোকথোকলুরে।

মথংগী নুমিত্ত ইন্সপেক্টর অদুন নিংথৌ উনবদ মঙোন্দ মৱম হংলমই অমস্নং হায়ৱমই। "গন্ধর্ব্বসেন অদুদি য়াম্ন চাউব মহাত্মা অমনিনা" নিংথৌন, লৈবাক পুন্নমক! অৱাব শরুক য়াগদবনি লাউথোক্লে অদুগ মশামকস্ন অৱাবগী ফিজেৎ শেৎলে।

মসি পুন্নমক অসিন মহারানি অদু চমমনরে অমস্নং মহারাজদ হংগৎচরমই— "গন্ধর্ব্বসেন হায়বসিবু কনানো? মহাক অসিবু লৈবাক পুন্নমক্ন অৱাব ফোংদোকপ য়াব মহাত্মা অমরা?"

নিংথৌন অকুপ্প মরোলগীদমক ইন্সপেক্টরবু কৌগল্লুই; ইন্সপেক্টরন মৱম খঙম্রদুন সেঠজী অদুবু কৌরুরে; সেঠজী অদুনস্ন মৱম খঙদ্রদুন ধোবী অদুবু কৌরুরে ধোবী অদুন আফিস অদুদ কপ্পদুন হায়ৱকই। "গন্ধর্ব্বসেন হায়বসি থাঙ্গৈ-শেংর্নমক অচৌব জীব অমনি।" নিংথৌন মহাত্মা অদু কদাইদ লৈরম্বগে হংবদ ধোবী অদুন হায়ৱকই। "মাবু মহাত্মা অমনি

হায়দুনা কনান হায়বগে ? গন্ধর্ব্বসেনদি ঐগী গাধানি। ঐগী গাধাদু লৈত্রবদ ঐন করম্ন লৈগনি"। অসি হায়দুনা অমুক তেংথারকই। নিংথৌ অদু শাউরে। সেঠজী অমসুং ইন্সপেক্টর অদুবু খাম্ন চৈরে।

সুবোধ অমসুং বিবেক অনিন অপঙব কুম্মৈ অদু ভুম্মিন য়েংদুনা লৈহৌই অমসুং অপঙববু অপঙবন তু'ইনব অদুদ নোক্লমই। অদুগ মখোয়গী লম্বী মখা চৎথখিরমই।



## ৭। মহাত্মাগী ৱারী অহুম

ঋষিকেশদ সৎ-সঙ্গ অম তৌরম্মী। সুবোধ অমসুং বিবেকসু তিম্নব অদু য়াওরমই। গুরু অদুন সাধনা অমসুং জ্ঞানগী মরমদ হায়রমই।

"সুংশিরব ভক্তশা। সংসার অসিদ ভক্ত হায়বসিদি খাম্ন চাউখ্রব অমনি। ভক্ত অম হায়বসিদি ইবুঙো মঙোন্দগী চাউব হেন্দ্রবম্ন মান্নব অমদি ওইরবনি। ভক্তগী মগুণ সংসারদ কনান খ্বাইদগী হেন্ন চাউবগে হায়বসি মতম অমদা হংনব ৱাহং অম ওইরম্মী। অহানবদ পৃথিবী অসিন হায়রকই —"মতুদি ঐনি, মরমদি :— শা-ঙা নাপিশিংবীশিং, অশেংব তীর্থশিং অমদি তুরেলশিং অসিদসু নত্তুন মীওইব জাতি পুম্নমক অসিবু পুরিবদি

ঐনি ” মসিদ অচৌব লিনগী মওং ওইরব আনম্তন তুমিন্ন লৈব ওন্নমদে হায়রকই “ঐন পৃথিবীদগী হেন্ন চাউই মরমদি পৃথিবী অসিমকপু ঐদি ঐগী ইকোক্ত পুষ্ট। প্রভু শিবন সংসার পূম্ব থক থক নীকপ মীনোক অম থরায় তান নোক্ল-ডুন হায়রকই। “অদুগ লিন হায়ব অসিদি ঐন, ওক্তডুম যেৎনরি, অদুন ঐন আদি শেষদগী হেন্ন চাউকম থোকই।” কৈলাস পর্ব্বতন মসিদ মাগী মতাং থোক্লডুন হায়রকই। “ঐদি কোক্ত ভগবান সিব অমস্তুং মাগী ইমুং মনুং পূম্নমক পুরি। অদুন ঐন প্রভু শিবদগী চাউব হেল্লি।” মসিদ লঙ্কাগী রাবন মকোক তরাম ওংলডুন হায়রকই—“ঐদি ঐগী পোইদোকপ পাঙ্গলন কৈলাস পর্ব্বত অসি মরু ফুকথ্রবনি। অদুন ঐন কৈলাসদগী হেন্ন কল্লি।” মসিদ বালি হায়ব চাউখ্রব য়োং অদুন চঙশিল্লক্তুন হায়রকই। “মসিগী মকোক তরা পানব অপীকপ শা অসিদি ঐন শেগ্রাক্ত চপ্তুন ইচা শান্নবব ফাখ্রবনি। তশেংবমক ঐন রাবনদগী চাউব হেল্লি।” হৌজিক, শ্রীরামগী দাই তারডুন হায়রকই “ঐন তেন অমতংন বালিবু হাৎখিব নত্রা ? অদুন ঐন পূম্নমক্তগী হেন্ন চাউই।” শ্রীরাম-চন্দ্রগী ওাওলকপ মতম অসিদ য়াম্ন নোল্লুকচব, রামগী ভক্ত অম রামগী ধ্যান্দ ভাব সমাধি ওইরুবদগী হৌগৎলক্তুন হায়রকই। “অদুগ হায়রিব রামচন্দ্র অসিদি অমুক ঐন ফারবনি। মাদি ঐগী অশেংব ভক্তিগী প্রেম দোরীন পুন্দুনা ঐগী থম্মোয় মনুংদ বন্দি থম্লিবনি। করম্ন ঐগী বন্দিনবু ঐঙোন্দগী হেন্ন চাউব য়াত্রা ? কনা

অমতনস্থ ভক্ত অদুবুদি য়েৎপ তৌদ্রে। কনা অমত্তন মঙোল্লগী হেন্ন আনন্তি তৌদ্রে। ভক্তম ইবুংঙা মশামক্তগী হেন্ন চাউই হায়-বসি পুম্নমক্ খুং থাঙ্গৎতুন য়ানখে। ভক্তি নত্রগা ইশ্বরগী অথোয়ব ভক্ত অমগী মগুণ হায়বদু মসিনি।

## ৮। লায় শক-তাকপা

অপঙব হায়বসিন মরম ওইদুন মীওইবন হকচাং, পুক্লিং অমস্তুং প্রাণ অসিবু মশামক্লি হায়ন তাকই। মায়ান কুপলব মুপা অমগী মুঙাইরব রারী অসি ঙাও। ভাংগী নিশা চাবা মুপা অমনা ভাং শেম্নব খোল (শুক মচা অমস্তুং শুম্বল মচা) অদু মখ্বাংদ য়ানশিল্লে নোংমদি মহাক তুরেন অমগী মপান্দ কোয়থোক্লমই, অমস্তুং মকম অদুদ নিশা চানীঙলদুনা উ অমগী মথাদ ফমথরম্মী। মহাক্ল ভাং অদু শেমদুন থক্লে অদুগ খোল অদু মখ্বাংদ কিশিল্লগা নিশান ঙাওরদুন কয় তুমখে। মতাং অসিদ অতোপ্প ভাং থকপা মুপা অমস্থু মকম অদুদ চৎলমই। মাদি মশাদ ভাং য়াওজরমই, থকস্থ য়ান্না থক্লীংলমই। অদুগ মঙোন্দ খোলদি য়াওরমদে। মহাক্ল খুলাইশিং অসি নিশান ঙাওদুন তৃপ্লিব মুপা অদুগী মখ্বাংদ য়াওবদু উরে। মানা মুপা অদুগী মখ্বাংদগী খোল অদু তুমিন্ন লৌখোক্লুন ভাং শেমদুন থক্লে। মথংদ নিশান ঙাওরদুন খোল অদু অতোপ্পদুগীনি হায়বদু

কাউথ্রুবন মহাক মশাগী মখ্বাংদ কিশিল্লে। ঙাইহাক লৈরগা, হান্নগী নিশান ঙাওব নিপাদু হৌগৎলক্লে অদুগ অতোপ্প নিপাত্তগী মখ্বাংদ মাগী খোল য়ানবদু মুম য়েংলমই। মান মপুক্লিংদ খল্লকই : "শুক অমস্তুং শুম্বল মচা অসি ঐগী খ্বাংদ য়ানখিবনি। অদুনদি তূম্লিব মুপা অসি ঐ ওইব তারে। অদুবু ঐদি শাল অমুব ইনবনি, অমম্বিদি শাল অঙাওবা ইল্লি। ঐন শাল অমুব ইনবদু ওইরবদি মসিগী মুপা অসি ঐ ওইব তারে। ও! ঐদি ভাব ওন্নরুরেদনা। ঐসিবু খোল য়ানব নত্রগ শাল অমুব ইনব "মুপাদু নত্রনে? নিশাদু কোকখিদ্রিফাও মান মসি ভাব তাব ঙম্লমদে। মতুংদদি নত্ত ওইদব, কান্নদব, মহাক মশামক নত্তব, চুম্নগী কুপশিনবশিং অদুগী মরমদ কান্নদবদ ষারুরে হায়ব মশান খঙজরকখি।

---

## ৯। গুরুগী কৃপা

মীওইবন মশাগী অশেংব মশক কাউথোক্লব অমস্তুং পুক্লিং, হকচাং অমদি অরা-অনা ময়াম অসিবু মশা অদুনি হায়ন লান্ন তাক্লবদ গুরুন মহাকী অশেংব মশক হায়বদি অপঙব অমস্তুং মাগী মশীং লাকঙমদ্রব ফত্তব ফলশিংগী অয়োইব অদু মশক তাকপি। ধোবী অমস্তুং নোংশাগী তুচূংলব য়ান্নী অসি তাও।

ধোবী অমনা মচানুপাদ হায় "ইচানুপা! হৌজিক নুমিৎ ভারকদোরে, অদুন য়ূমদ হন্নব থোরাং তোরো। নুমিদাং হায়বসিদি ঐদি য়াম্না কিজে। ঐন নোংশা, কৈবু কিজদে, অদুগ অহিং অ'সগী খনবদ কিবতন ঐবু অনাব পোকহল্লি।" মনাক্ত লৈব মোংশোং অমদ নোংশা অমা লোৎলমই অমস্তুং ধোবীন হায়খিব ব্রাফম অসি তারমই অদুগ মথন্দ খল্লমই অহিং হায়বসি করম্ব জীব ওইরিগবা? নিপা অসিন হায়বদগী য়েংলুরবদি মসি জঙ্গলগী নিংথৌ ওইরিব ঐহাক্তগী ফাওব য়াম্ন হেন্ন কনব অমা ওইরম্ব য়াই।" মশক খঙদব অহিং হায়বদুগী অকিবদু মহাক (নোংশা) গী থশ্মোয়দ চঙখিরম্মী।

ধোবী অদুন নুমিৎ অদুদ নুমিৎ তারব ফাওব হল্লক্লেব মাগী গাধা অদু থিরম্মী। অমস্ব অদুদ মানা করিগুম্ব অমত্ত শেংন উব ঙল্লমদে. অদুবু মোংশোং মনু'দ শা অমা লৈবগী মখোলদি তারমই। মহ'ক্ল মদুবু মাগী গাধা অদু ওইরবোই নীংদুন মনঙ্গন্দ অনিরক্তং ফুরম্মী নোংশা অদুন য়াম্ন কিন খল্লি, মসিদি য়াম্ন চাউখ্রবা অহিং হায়বদু ওইব তারে। ঐবুদি চৈ অনিরক্তংদগী হেন্ন ফুঙনবিদনব ঈশ্বর ইবুঙো নংবু থুক্নমজরি। মানা হৌগৎলক্লুন ধোবী অদুগী ময়ুম তান্ন চৎলে। ধোবী অদুনা মদ, নোংশানি হায়বসি সুপখল খল্লুদে মান চুম্ন মদুবু পুনশিল্লগা তুমথোকখ্রে। নোংশা অদু অব্রাব অম ওইরে।

অয়ুক য়াম্ন ঙন্ন ধোবী অদুন: অচৌব ফি-ময়োম অম নোংশা অদুগী মনঙ্গন্দ থোঙ্গৎলে। মদু অয়ুক ওইরবস্থ মল্লী,

অদুন নোংশানি হায়ব শেংন খঙদে। অদুগ তুরেললোমদ চৎহল্লি। মরাইবক থীরব নোংশা অদুন য়াম্ন কিজন মদু পূম্ব ইল্লি। লম্বীদ অস্নম লাকপদ অতোপ্প নোংশা অম থেংনরে অমস্নুং নোক্লদুন হায়রমই: "নংন তৌরিবদুবু কম্নিনো? নোংশা অম ওইরগ গাধা অমগী থবক তৌবসিবু ইকাইজত্রা? পোৎ ময়োম অদু হুন্দোক্লমউ অদগ ঐগ লোয়নন চৎসি লাকউ" অদুবু নোংশা অসিনদি য়ারমদে, "ভাই নংদি য়াম্ন কিনিঙাই ওইব্রব অহিং হায়বসিন ঐঙোন্দ করি তৌবগে হায়বদু খঙদ্রে। তুমিম্ন লৈয়্ন। নত্রবদি মসিন নংবুস্ন ফুরকনি।" নোংশা অসিগী অপঙব মতৌ অসিদ অনৌব নোংশা অদুন য়াম্ন নোক্লমই। "য়েংউ, অমুক্তং ঙংঙু করি তৌরকপগে য়েংউ." মান মদুমক তৌরে। ধোবী অদুন নোঙাল্লমদাইগী মল্লি মল্লি তৌব অদুদ নোংশা অদু উরে মহাক্ল ফি ময়োমগাদু হুন্দোক্লমগন হৌদুন চেনখ্রে। নোংশা অমিদু উমংদ চৎমিম্নখ্রে।

গুরুন শিশ্যগী মমিৎ পাঙহল্লবদ অকিব, অরাব হায়বসিগ লোয়নন অপঙব মায়া পূম্নমক মাংখি।

সৎ সঙ্গ য়াওবদগী মসি খঙবদ স্নবোধ অমস্নুং বিবেক অনিদু য়াম্ন সুঙাইজরে। গুরু পূর্ণিমা নকশিলক্লে হায়বসি নীংশিলক্লদুন মখোয়ন গুরুগী আশ্রমদ হঙ্গিনখ্রে!

থৌদোকশিং অদুগী পাউতাক পূম্নমক গুরুন ব্যাখ্যা তৌরে। অতোপ্পবু শেংদোকপিত্রিঙৈদ নং নশাবু হাম্ন শেংদোকচখো। অতোপ্পবু বিচার তৌত্রিঙৈদ থ্বাইদগী ৱাংব জ্ঞান অদু নশান

হায় তানশিনখো। অসুম তৌরবতদ নংন অফব অমসুং ফত্তব হায়বদু ময়েক শেংন খঙগদবনি। নংন মীহুৎ শিন্দুম খঙব য়ারোই। নংন নশাগী ওইন সাধনা তৌব তাই, অদুগ অশিংব ওইরকনি।

শেল হায়বসিন মীওইবদ পুরকপ হায়গুমদ্রব অরাবশিং অদু নং খঙলেদন। শেল হায়বসি মায়াগী খ্বাইদগী শক্তি লৈব খুৎলাইনি অদুগ মিহৌব হায়বসিন অপ্তোপ্প খুৎলাই অমনি। লল অমসুং মিহৌবগী তমথিবন থল্লব পাত্রদ মায়া হায়বসিন অথুম্বগী মরিক খরদং তৈতিবনি। মরিক অমতংগী অথুম্ব অসিন মীও ববু থেমদুন হূ পীথক্লে অদুগ লোইব নাইদ্রব অরাব নংহল্লে অপাম্ব অমসুং ললগী মিহৌব অসি য়াম্ন লুন মরা তাখদুন নংগী আত্মা অসিবু কালি কাহল্লে। নংগী থরাই অদু শেংনব হোৎনবদ পুন্সি কয়া অম চঙব তারি। মখোয় অদুন নংবু শা অম ওইহল্লি অদুগ মান পীবিব মঙ্গলগী মশক ওইরব মীওইবগী পুন্সি অসিদ মতিক চাদবসি উরদুন নংবু হন্থব পুন্সিদ তাহনগনি অদুগ ইন্দ্রিগী ভোগ পীজগনি। মাগী কৃপান মীওইবগী মপোক অমুক হন্ন ফংদ্রিফাওব নংবু অদুম লৈহনগনি। নংন অফবগী লম্বী অদু পান্নবদি লল অমসুং মিহৌবগী লম্বী অদু থিংজিল্লু।

নংগী কুইরব আধ্যাত্মিকপু হন্থন খনগম্মু। আধুনিক পদার্থ সভ্যতা অসিন তিম্নব য়াদব, অরাকপ, লায়রব অমসুং পূম্নমক্কী ওইন মুঙাইতবশিং অদু নত্তন করিসু পুরক্লে; অদুগী মথক্ত

মীওইববু শাদগী হেন্না ফত্তব ফিবম অমদ ওম্নোকপিরে। মপান-থোংগী বিজ্ঞানগী অরুবশিং অসিদ তাউথগনু। থাইনগী ঋষিশিং অদুতন ঐথোয়গী অশেংব ফনব খনবিবশিংনি। অচৌবশিং অসিগী মনুংদ ফাওব অম নত্রগ অনিদি থাইনগীনি হায়ত্তন ঐথোয়ন হৌজিক হায়নরি। অমুকন্না মথোয়গী ফজরব পাউভাকশিং অদু হুন্থবন ঐথোয়গী চাউথোকচব ওইরি। মসিদি ঐথোয়গী য়াইফব নম্তে। পদার্থ বিজ্ঞান অসিন থাম্লেশেংব ঐথোয়গী নুঙাইব মরাঙ কায়ব অদু পীব ঙম্লোই।

নংগী অঙাওব মিৎকী অনাবশিং অদুদগী করি তম্লিংঙাই লৈ? মীওইবন কাখৎচরকপদু মথাগী থাক অদুদ কুমথরবনি। অভোপ্পন মঙোন্দগী হেন্না রাংখিবদু, মঙোন্দগী হেন্না ঙানখিবদু, মঙোন্দগী হেন্না মরাঙকায়না নুঙাইখিবদু মহাক য়েংব ঙমদে। মহাক মশাগী নুঙাইনব হোৎনবগী মহুত্ত মহাক্ক অভোপ্পগী মাঙনব তৌই।

থাইনগী ফজরব হায়নব অম ঐ পূক্নিংদ নীংশিংলক্লে। "মশাগী অফবদু থাদোক্কুন অভোপ্পগী ফনব তৌরিব মহাক অদু অচৌব মীনি। মশাগী অফবদু মাঙহন্দন অভোপ্পগীসু ফনব তৌরিবদু মীওইব অমনি। মশাগী নুঙাইনবগীদমক অভোপ্পগী মাঙনব তৌরিব মহাক অদুদি মীওইবগী হকচাং পুব লাই ফত্তবনি। অদুগ মরম লৈতন অভোপ্পগী মাঙনব তৌব অদুবুদি করি কৌগদগে খঙদ্রে।" ঙসিগী মী অয়াম্বদি অকোনবগী মী মথল অসি ঙাক্ক ঙায়রে। মী খুদিংন অমন অমবু মাঙনব

তৌনরবদি করি ফিবম ওইরগদগে খঙব লুম্রা? মফম খুদিংদ কাং-খোং চাইব, অরা·অনা ঙাক্ত ঙায়রবনি। মসিনি ঐখোয়না ঙসিগী সংসার অসিদ ফংলিবসি।

অমরোমদ অঙকপ পুন্নমক্কী অঙকপদি—মী অমত্তন মিকুপ অমত্তুন্থ খন্থুনব লেপ্তে। মী খুদিংন মী খুদিংগী মতুং ইল্লি। মী খুদিংন য়ুম্লোম্নববু মুংশা কংহননদ্রে। মী খুদিংন অচুম·অরানগী য়াখল তৌনদন অরানব লম্বী চংনরে। নহা অমন স্কুল কায় মরমদি মপান স্কুল কায় অমদি অতোপ্প অঙাংশিংন স্কুল কায়। মহাক্ন থবক থি, মরমদি মী খুদিংন থবক থি। মান লুহোংই মরমদি মাগী মপা, মপু অমদি মপুখোক্ন লুহোংই। মান লল তাল্লি। মরমদি অতোপ্প মীন লল তাল্লি। পুন্সি অসিবু অরেম্বদ মাঙহল্লে, মরমদি মান মসিবু শিজিন্নকম খঙদ্রে। পুন্সি অসি পোকপ; অঙাং ওইব, চাউব, অহল ওইব, মোংকমদ চঙব অসিবু পুন্সি ওইন মান খল্লি। মসিদি য়ারীদ ঐখোয়ন উখিব গন্ধর্বসেন শিবদ মথং মথং নিংথৌ কাওবন অয়াব ফোংদোক্নখিবদুগ মাম্নরে। অদুবু তশেংন অচুম্ব থিজব অমনদি অমুম্ন থক তৌদে। মাদি খোঙথাং খুদিংগী লেপকনি অমদি থনগনি। মাদি থক্তো-রকপনি। মান য়াখল তৌগনি অদুগ জ্ঞান ফংগনি। মদুদক মহাক্ন শংশারিক ওইব তোক্কনি অমসুং আধ্যাত্মিক্ত পুক্লিং চঙলক্কনি। মহাক অশিংব মী ওইরগনি।

মসিগী সাধক অসিদি ভক্তিগী সাধনা তৌরবনি। ঐখোয়ন খ্বাইদগী চাউব মী থিবগী য়ারীদ ইবুঙো মহাক ফাওব ভক্তগী ওইরিবনি।

ভক্তি অমসুং জ্ঞান থুন চাওখৎলক্লবদ সাধক মহাক্না মতম কুইন হকচাং, মুংশা খর অমদি পুক্নিং অসিবু মশামক্তি হায়ন লাম্ন খল্লুবদু খওলকনি। মহাকী মশাগী মরু ওইব প্রকৃতি অমসুং মদুবু খওবদ পীরম্লিব অপনব অদুগী প্রকৃতি অনিমকী ওইব জ্ঞান অম লাকই। মসিনি ঐখোয়ন ভাং খকপ অদুগী ঝারিদগী ফংলিবদি।

অরোইবদ, নোংশা অনি অদুগী ঝ রিদগী ঐখোয়ন খঙই মদুদি—ঐখোয়গী ইথক্ত কুপ্লিব অপঙব অসি অস্তুপকী মতিক কনখ্রে অমসুং শক্তি লৈখ্রে মদুদি নোংশান অঙকপ অহিংবু কিবদু মঙাইখ্রে অদুন ঐখোয়গী অশেংব প্রকৃত অদু তাকপিনব অমদ ঐখোয়ন "শিবম, শচিদানন্দ স্বরুপম" হায়ন লাউবদ ইনাক্ত লেপ্লিনব অমদি লমজিংবিনব গুরু অম অতোপ্প নোংশা অম দরকার ওই। অহাব, দুঙাইতব অপঙব, নীংবকায়বগী ধোবীগী ফি পুব নোংশাগুম, মতম কুইন পুরক্লব পেংৎয়োম অসি ঐখোয়গী চৌরককম শক্তিগী লমদম অদুদ হেক চোংশিনবগ থাধদুন হুন্দোক্লমগদবা'ন।

অঙাংশা, অসিগুম্ব খরাইবু হোদোকপ খোদোকশিং অসিদ মায় পাক্লব অমদি ভৌতিক জীবন অমসুং আধ্যাত্মিকী জীবন অনিগী জ্ঞান লৈরব মতম অদুতদ অঙকপন থল্লব অত্মা-জ্ঞান অদুদ দিক্ষা তৌব য়াই। লাউ, ঐন নখোয়বু হৌজিক শেংলব সন্ন্যাসিগী শাগৈদ দিক্ষা পীরগনি। অদুগ নখোয় অনিবু কৃপা পীবিনব, নখোয়দ লোম্ব নাইদব কৃপাগী লমদম অদুদ চঙনব পাঙ্গল পীবিনব, অহনব লৈত্তব নীংবগী শক্তি পীবিনব ঈশ্বরবু প্রার্থনা তৌজরি।

---

## ১০। "গোৎ অমসুং মমি"

মুপা অমন মহাক্কী মমি অসিবু য়াম্ন পামজরমদে। মতুন মতম পুন্নমক্ত মাবু মতুং ইন্নব মিকুপ খুদিংগী মাবু তান্নবদু খঙলমই। মান মশা মথন্ত হায়জরমই "ঐন মসিগী মমি অসি ফুমজিনব ভারে। ঐন মসিদগী অন্নাব কোক্লগনি।"

মহাক্ন অক্সব কোম অম তোরে। মহাক্ন কোম অদুগী মমুংদ য়েংলে অমসুং কোম মমু'দ মহাক্কী মমি লৈবদু উরে। মহাক হায়নীংঙাই লৈতন মুংঙাইরে। অদুদগী মহাক্ন কোম অদু য়াম্ন থুন লৈপাক্ন ফুমজিল্লে। মহাক্ন কোমদ লৈপাক হাপচিনবগ মমি অদু মথক্ত ফাওগৎলক্লে। য়াম্ন হেক থুন ফুমজিনবগ মমি অদুসু য়াম্ন থুন মথক্ত কাখৎলক্লে অদুন মান থবক অসি তোক্লে।

মথংসিদদি মহাক্ন মমিদগী থাপন চেনথোক্লীংলে। মহাক্ন কন্ন চেল্লে অদুবু মান মুমিৎকী ওন্ন-তৈনবদ চেল্লমই। মান মাগী মমিদুবু মমাঙদত্ত চেনব উরমই। অদুন মান ঙমজব মথৈ কন্ন চেল্লবসু ফাব শুকঙম ঙল্লমদে।

মান মনীং হন্দুন মুমিৎ মায়োক্লন অমুক চেল্লক্লে। মহাক হৌজিক মমিদগী মমাঙ থাব ঙম্লে অদুন মান খর হরাওজরে।

অকোনবদ, মহাক্ন অতিয়াদ মখায় ওন্দুন লোংন হিপলে অদুগ য়েৎলোমদ, ওইরোংদ ওন্থোকতুন মমি অদু লৈত্র য়েংই, লৈত্তে। মান মদুবু ফুমজিনখ্রে। মরম অদুন মান শান্তি ওইন তুমজরে।

অন্নমদৌন, "ঐ হায়ব" "ঐগী হায়ব" অসিন মীওইবগী মতুং ইল্লি। খোঙথাং খুদিংগী তাৰে। সাধক অমন ফুমজিনগদব খ্বাইদগী ৱাংবদি মায়াসিনি। মহাক্ন চেনব হৌগৎলকপদ মসিন হান্ন মমাঙ থান চেনখ্রবনি। মায়ান মহৈগীদমক চাউথোকপ, তপস্যাগী-দমক চাউথোকপ, সেবা-অভিমান অসিনচিংব তোঙান তোঙানব মওং ওইরকই। মহাক্ন ঈশ্বরৱোমদ চেল্লবতদ মসিন তু' থংহৌই। মহাক্ন মপূংফান ঈশ্বরদ চঙজরবতদ মসি মপূং ফান মাঙখি।

মরম অদুন, অথোইব মঙালগী মঙাল আত্মা অদুদ ওনশিল্ল। নশামক মপূং ফান, অখাকপ লৈতন, পূর্ন-আত্মা অদুদ চঙজৌ। নশামকপু খঙউ অমসুং মিকুপ অসিমক্তদ ননীং তম্ম।

---

## ১১। নুংঙাইবদি নশাদ লৈ

মতম অমদ কৃষ্ণ কৌব নহা অম লৈরমই। মহাক্ন নুংশিজরব মশক ফজবী মাগী মুপীনে, মচা অনিনে য়াওব ইমুং মনুং মচা অমদ য়াম্ন নুংঙাইন লৈজে। মান ইমুং মনুং অদুদ অসুপকী মতিক পূক্নিং লুপচখে মতৃদি মান কদৌঙৈদসু থাপ্তোক্ন লৈব ঙম্নমদে। মাঙোন্দদি অঙাং মচা অনি অমসুং ফজরবী মুপী অদুন লোম্ব নাইদ্রব মুঙাইব অদুগী হৌরকখম ওইরম্মী। মাগী ৱাখল হায়ববু মতম পুম্নমক্ত "ঐগী ইচা মুপা, ঐগী ইচা মুপী, ঐগী মুপী" হায়বসিনি। অসিদসু নত্তন মাগী মপান নাইদ্রব লন-থুমসু লৈরমই।

মতম অমদ মাগী খুল অসি খর হেন্না খুদোং চানবগীদমক মায়োক্নব তুরেল য়াংমদ হোংলগে হায়ন নীংলমই। মরম অদুন মরন মথৎম পুম্নমক থংগাইরে। য়ুমলোন-কৈরোন্নব মরুপ মপাং পুম্নমক বিদায় তৌনড়ন তুরেল য়াংমগী অনৌব খুল অদ মতু-মচা পুম্নমক পুড়ন চৎলক্লে তুরেল মপান সুং য়ৌরকপদ তুরেল অদু পিক থন্না ঈশিং চাউরমলে। খূ-মুক্ত য়ৌব মফম অম খিরদুন মুপি অদুবু মচাশিং অদু পুহল্ল, অদুগ মহাক মশান পৈশাগী বেগ অদু পায়রদুন অতৈ লন-থুম পুম্নমক মকোক্ত পুরদুন লানব হৌরক্লমই। খোঙথাং খর চৎলগ ঈশিং অদু অসুম অসুম লুথরমই। মতু মচাগ লোয়নন অতোপ্প খুল অমদ চৎলগ মুঙাইরুপনি হায়ব য়াথল অদুন ম'বু খোঙথাং হন্দোকহল্লমদে। যেশা-উপাইন তুরেল অদু লান্থোক্লুন খুন্দ রুব অসিন মাগী আশানি।

নহা ওইরবী মুপী অদু য়াম্না চোকথরে। মহাক্ন অঙাং অনি অদু পুব ঙমলক্তে। ঈশিংগী ঈচেল অদুসু য়াম্না কল্লম্মি। মহাক্ন অঙাং অমবু পুবিনব মী অম দরকার লৈরমই। মসি মহাক্ন মপুরোইবদ হায়জরমই। মরাদুন খল্লি "এ হৌজিক পৈশা অসি পুগদ্রা নত্রগ অঙাংশিং অসি পুগদ্রা নত্রগ মুপী অসিবু চিংগদ্রা?" মহাক্ন ঙাইহাক মপূক্লিংদ খল্লরগ লেপচরকই। অঙাংশিং অসি থাদোকপ তারে। মুপীসিন নহা ওইরিবনিন পামবু পাল্লবদি অঙাং অনি অহুমদি পোকপ য়ারি। অশেংবমক, মহাক্ন অঙাংবু লুন তৌরমই অমসুং মুংশিজরমই। মদু মুপীগ য়েংনরুবদ খরদং হন্থবগী য়াদনি। অশেংনমক অঙাংদগীদি মুপীন হেন্না মাবু মুঙাইহনব

ঙমগনি। অমুক খন্নিঙাই লৈতে। মহাক্না অঙাং অনিস্থু ঈচেনহুদ থাদখ্রে অদুগ নুপীদুবু চিংহুন পুরক্লে।

ঈশিংগী ঈচেল অমদি অরুবদু অসুম অসুম হেল্লমই। ভুরেল ময়ার য়োরকপদদি ঈশিং অচ থবাক য়োরে। ঈশিংচাউব কায়বদু ওইরে। নহা ওইরিবী নুপী অদু য়াম্ন চোকথরে। মহাক খোঙথাং অম কাওব থাংব ঙমদ্রে। লেংবান্দ থাঙজত্তুনা পুদ্রবদি য়াবু কয়বগী উপাই অমত্ত লতে! অসিগুম্ব ফিবম অসি য়োরক্লবদ নুপা অদুন খল্লি নুপীসিগ পৈশাসিগ কয়ম্বন ঐবু নুঙাইহনব ঙমগদগে? মহাক্কি অনিগী মনু দ অমতমক পুব ভারমই। নুপী অদু মাঙখ্রবস্ত মঙোন্দ লৈরিব পৈশা অদুন অমুক লুহোংহুন নুঙাইব পানব য়ারি। অদুবু লল অদু মাঙখ্রবদি মদু অমুক তানবদ অকিবগী মশক ফংন অরাব ভারগনি। মান পায়রিব পৈশা অসিদগী মাগী নুপীন হেন্না নুঙাইহনব ঙম্লোই। মরম অদুন মান নুপী অদু থাদোকপদ লেপ্লে অহানবদ অঙাং, মথংদ নুপী অনিমক মাঙখ্রে। মাবু নুঙাইহনগনি হায়ন খল্লিব পৈশা অদুগী মমাঙদদি মখোয় অদু করিস্থু লৈতবনি।

তৌইগুম্বস্থং মিনিট থরগী মতুংদদি ঈশিং লুবদু খংহেন হেনগৎ-লমই মদু ঙক্লগী হেন্না লুরমই। মান মশাদগী হেন্না করিমত পুব ঙমলক্তে। মকোক্ত করিগুম্ব অমতং য়াওবদ মহাক শোয়দন ইরাক্ল-রগনি। রাখল অসিনস্থু মাবু অমুক নৈবিরে। মহাক্না অমুক খল্লকই। "পুন্সি অসিন থ্বাইদগী মমল য়াম্বনি। মসিদি মরুওইব নুঙাইবগী হৌরককম্নি। মসিবু মাঙথ্রবদ নুঙাইব অমত্তস্থ ফংলরোই।

# ১২। অরোৎপা লনগৈ

অঙাং খরনে মতৌ মনাওনে চাব য়াম্ন লায়রব ইমুং অমদ লৈরম্মী। মখোয়না চানবগীদমক্তা য়াম্ন কম নোমলম্মি। করিগুম্বদ কৈথেল অমদগী কৈথেল অমদ পৈশা নিব নত্রগা তল মচেৎ অমা নিনবগীদমক চৎলমই। মখোয় অসুপকী মতিক লায়ররমই মদুদি ইনাকখুনব অমগী মখূত্ত লৈব পৈশা খর উবদ মপুক্রিঙদ চাং লাউই। পুকচেল চাউব কনাগুম্বদগী পৈশা খরা ফংলবদি মদুন তঙাইফদবশিং অদু লৈগনি অদুগ ময়ুমদ হল্লগ ঙাইহাক পোথাজগনি। অয়াম্ব মতমদ মখোয়না চাদন, মুঙাইতন, মখোয়গী অরাব অদুগীদমক ত্তেংথাদুনা চৎকনি। মখোয়দি অরাব-মুঙাইব মাঙব-তোংব হরাওব অমসুং মুঙাইতবগী মরক্তা লৈবনি।

তৌইগুম্বসুং, তশেঙবমক্তি মখোয়গী মচা-মশূগীদমক্তি মখোয়না খঙজদব লন-থুম য়াম্ন লৈ। মদুদি মখোয়গী খংবোকশঙ শারিব য়ুক্ষম মথাদ ফুমলি। মখোয়না মদু তৌথোক্লবদি লনগৈ অদু থেংনদুনা মখোয়গী অরাব কোক্লদবনি।

মীগী জীবাত্মাগী খোঙচৎ অসি মসিগ মাম্নরে। অপঙবসিমক্তন মরম ওইদুনা হকচাং অসিগী মথাদা লৈরিব আত্মানা মপান নাইত্রব মুঙাইব অদু খঙজদে। মহাক্ন সংসার অসিদ ইন্দ্রিগী ভোগ চাদুনা কোয়চৎ চৎলি। মুঙাইব হায়বসিদি প্রিয়া, মোদা অমসুং প্রমোদ হায়ব হায়ব বৃত্তি মথল অহুম থোকপ কৃপাগী খাউদগী থোরক-পনি। প্রিয়া হায়বসিদি অপাম্ব পোৎ য়েংবদগী ফংব মুঙাইব অদুনি। মোদা হায়বসিদি অপাম্ব পোৎ ফংবগী মুঙাইব অদুনি। প্রমোদা

হায়বসিদি অপাম্ব পোৎ অদু ভোগ তৌবগী মুঙাইবদুনি। মথং মথং মীংব থুংবনং পুক্লিংগী অনীংবদু খর কোমথোররুবদ মীওইবগী জ্ঞান অসিন আবিদ্য লানথোক্তুনা আত্মাগী থোজান অদোমদ মায় ওনশিল্লকই।

মহাক্ন মায়খুম কি অদু শেগাইরবদি অরা-অনাশিংন য়োম্লব মুঙাইব খরগীদমক সংসারগী কৈথেনশিং অসিদ কোয়চৎ চৎলোই। মুমিৎ খুদিংগী কয় তুম্বগী মওংদ জীব অসিন লনগৈ অদুগী মনাক্ত চৎলি তৌইগুম্বসুং অপঙবগী ফিজগন খনখিবন মহুবু ফংব ঙমদে।

মহাক্ন অপঙবগী ফমুং অদুবু আত্মাদ খন্দোক-খঞ্জিন তৌদুনা থিজিনবগী য়োৎপাক্ন তৌরবদি মহাক্ন আত্মাগী লোত্তুনা লৈব লনগৈ অদু ফংব ঙমগনি। অদুগা আত্মা সম্রাট নত্রগ মশাগী ন্নিংথৌরেল ওইজগনি।

---

## ১৩। "খবায় অসিন খবাইদগী হেন্ন পাম্মুজে"

চহি কয়াগী মমাঙদ আকবর কৌব নিংথৌ অম লৈরমই। মহাকা বীরবল কৌব লৌশিং লৈরব মন্ত্রি অম লৈরমই। আকবরগী পাক-চাউরব সম্রাজ্য অম লৈরমই অমসুং মহাক্ন মদুগী-দমক চাউথোকচরমই। লৌশিং লৈরব বীরবলন মহাকপু মুংশি-বিরমই। মহাক্ন মিৎয়েং চুম্ন পুররুনব মহাকপু (নিংথৌবু)

চুমথোকপিনী লমই মরম অদুন নোংমা আকবর অমসুং বীরবলন উমংদ শাত্তানবা চৎপদ বীরবলন নোংম্রক্ল আকবরগী মফমদ হল্লক্লি। 'ও, নিংথৌ নংগী পাকন্ডুরবা সম্রাজ্য অমা লৈরে, থৌইগুম্বসুং হৌজিক নহাক অসি ঈশিং য়াম্না খোরাংশে অমাং অনকপদ ঈশিং অমত্ত লৈত্র শায়ন থল্লসি অদু ওইরবদি নত্তোক্লা করি ওইরঙগনি আকবরন খুমকই "এন ঈশিং ফংদ্রবদি ঐ শে য়ম্না শিরগনি"।

বীরবলন মখা তারকই, "কনাগুম্বা অমনা মতম অদুদ নংগী লৈবাক তঞ্জাই অমা পীরু ঈশিং তেঙ্গোংবা অমা পিগে হায়রবরে হায়না থল্লসি অদুদ নন য়াগদ্রা?" "শোয়দনা, ঐনা য়াগনি!" আকবরন খুমকলমই। মথরাংদ কঃবগীদমক কনানবু লৈবাক তঞ্জাই অমা পিদাকলো দগে?" বীরবলন অমুক হংলমই, "মহারাজ ইবুঙ্গো! অদুদা নংনা ঈশিং অদু থকপদনা মরৈদদ ঈশিং মরাংগী বেরা অমনা নং ঈশিং চৎপ য়াদ্রে অদুন অঙকপ অরাব অমা মাযোক্লরে। নংনা অফাওবা মাগী ডাক্তর পূম্নমক শাল্লবদ নংবু লায় যংবা ঙম্দ্রে অদুদি নংন করি তৌগনি? "ডাক্তরন ঐবু লায়য়েংবা ঙমদ্রবদি ঐ শে য়ম্না শিরগনি" আকবরনা খুমখই। মহারাজ ইবুঙো। হৌজিক্তি তারিবো। শিবগী য়ান্দুনা লৈবা অরোয়বা মিকুপ অদুন কনাগুম্বা নংগী অতোপ্পা লৈবাক তঞ্জাই অদু পীযু নবুক্তগী ঈশিং অদু লৌথোকপিগে হায়রবদ নহাক্ল য়াগদ্রা?, "করিনী য়াবোহ" নিংথৌনা খুমকই। "শিগদোরবা মীগীদি মথরাই কয়বগীদমক করিগী লৈবাক থাদোক্লোই?" "হৌজিক্তি

ভাবিরোদো পুর্কচেল চাউরব নিংথৌরেল।" লৌশিং লৈরব বীরবন্ন মখা তারকই "নহাক্ল লৈবাক তথায় অম ঈশিং তেজোং অমগীদমক থাদোকপ তাই, অদুগ অতোপ্প নশাদ চঙখিব ঈশিং খর লৌথোকপগীদমক লৈবাক তথায় অমক্লন্ন মাঙব তাই। মসিনদি নংগী লৈবাক অদুগী মতিক চাবরা? ঈশিং তেজোং অম লৌথোক-লৌশিন তৌবগীদমক নংগী সম্রাজ্য অম মাঙব তারি। অদু ওইরবদি, নিংথৌরেল! নহাক্ল ঈশিং তেজোং অমগী মমল ওইব সম্রাজ্য অসিগীদমক করিগী নাপল তৌরি?

লৌশিং লৈরব মন্ত্রিগী অশিংব জ্ঞান অদু নিংথৌগী থম্মে ইদ মমি তাখ্রে। বীরবলগী ৱাথলন থল্লব ৱাকম অদুদ লুন খম্মুখ্রে। মতম ঙাইহাক্কী মতুংদ মহাক্ল পোঙজরুরিব সম্রাজ্য অদু মমল য়াওদে হায়বসি খঙলকপদ মথৱাই শোকখি। নিংথৌগী থম্মোয়দ মমল খঙবগী নোংঙাল্লে হায়বসি খঙবদগী বীরবলন মখা তারকই, "ইকাইখুম্নকম ওইরব হে, নিংথৌ! মসিদ ৱানিঙাই করিস্থ লৈতে। ঐন হৌজিক খঙজরে অদোম্ন সম্রাজ্যগী কান্নদব অদুদ অৱাব ওইরে। অৱাব কোক্লব, মতম কুইন শান্তি ওইনব উপাই অম লৈরে। ঐ মদু লীজগে পুক্লিং চঙন ভাবিয়ু"

"ইন্দ্রিবু মুঙাইহল্লিব সংসারগী পোৎশিং অসিবু মীওইবন য়াম্ন মুংশিজৈ। অদুবু ইন্দ্রিশিং অসিন পোৎশিং অদুদগী হেন্ন অমুক মুংশিজৈ। খুদম ওইন মুপা অমবু ডাক্তরন মতম শাংন সিনেমা য়েংগনু মিৎ শোকনি হায়রবদি মুপা অদু সিনেমা য়েংব চংলয়োই। তৌইগুম্বমুং পুক্সি, অসিন অমুক ইন্দ্রিদগী

হেন্ন পাম্মুই। করিগুম্ব মিৎকী লায়না অমদগী মিৎ অসি লৌথোক-থ্রগা খরায় হিংগদব লৈরবদি য়াম্ন হরাওন মিৎ অসি কোৎ-থোকনি অদুগ খরায় হিংনব তৌগনি, অদুগ ঐ (আত্মা) হায়-বসিন পুন্সিদগী অমুক হেন্ন পাম্মুই। কনাগুম্বন লায়না অমদগী কুম লায়না ওইদুনা অরাব খাওলবদি মহাক্ন মহাকী পুন্সি অসি ফাওব থাদোক্লীংই। মীওইবন মশাবুন খরাইদগী হেন্ন পাম্মুই মরমদি মসি মাগী শাগোম্নব কৃপা অমনি। অদুন মহারাজ ইবুঙো রাবিরুগমু। আত্মা হায়বদুবু থিবিয়ু। আত্মাবু খঙবিয়ু। আত্মাদ লৈবিয়ু। মহাক্ন পোৎশিং অসিদ ফ ঙমদ্রব শান্তি অমসুং মুঙাইবশিং অদু থেংনগনি। শান্তিদি মনুংদ লৈবনি, মুঙাইবদি মনুংদ লৈবনি। মপানথোংগী পোৎশিংদ মুঙাইব থিবদি অরেম্ব কাম্নদবনি। লন অমসুং সম্রাজ্যন শান্তি পীব ঙমদে। অমরোমদ মথোয়দি অপঙবদ রানবগী মরুনি। পোত্ত মুঙাইরিবসি মায়ানি। মথোয়সিদি রাথলন শাজিনব ঙাক্তনি। মমৈদ অরাবশিংগী হৌরককম ঙাক্তনি। অনা অমগী মুঙাইবসি অনা তরামঙাগী অরাবগ য়াম্নরবনি। পৈশা হায়বসিদি করিস্থ মমল য়াওদে। পৈশা-গীদমক কনানস্থ ফরিব মমিৎ অম মাঙনীংদে। মহারাজ ইবুঙো আত্মাবু খঙবিয়ু অমসুং মুংঙাইবিয়ু।"

বীরবলগী অশিংব রাহৈ অমসুং রাখল চঙব পাউত্তাকশিং অসিদ আকবরন বীরবলগী মফমদ ইকায় খুম্নব, তৌবিমল খঙব উত্তুন থাগৎখি অমসুং মাগী পাউত্তাক মতুংইন্ন থবক তৌগনি হায়খি। আকবরন মাগী পাকচাউরব সম্রাজ্যগী কাম্নদবদু খঙজখি।

মথংদ সংসারিক ওইদব বৈরাগ্য, প্রেম চাওখৎহন্দুন ধর্ম্মগী পুন্সি অমা ওইন লেন্দুন শান্তি ফংখি।

---

## ১৪। 'মায়া অমসুং মেজিক তৌবা'

উদয়পুরগী রানা রায়সিংহ অদু মাগী দরবারদ ফম্লমই। মসিদ মেজিক তৌব মুপা অম থুংলরদুন মাগী অঙকপ মেজিক খর তৌজনব রানাদগী য়াথং নিজরমই। রানান য়াবিরে। মেজিক তৌব অদুন লশিংগী লং অকুপ্প অম মথক্ত হুনগৎলে। লং অদু অতিয়াদ করিগুম্ব অমত্ত য়াওদন চপতিংন য়ান্দুন লৈখ্রে। মেজিসিয়ান অদুন রানাদ হায়, মাগী লং অসি স্বর্গদ যক্ষ লোক য়ৌখ্রে, অমসুং যক্ষ নিথৌন লান্মী য়াম্ন পুরদুন লান তৌব লাক্লে হায়রমই। মসি হায়রদুন মুপা অদুন লং অকুপ্প অদুদ অতিয়া তম্ন কাখৎখ্রে অমসুং মশক উখিদ্রে। ওাইহাক লৈরগ অকনব লান শোক্লবগী মখোল অম তারমই। তেন কাপ্প, ককথৎপ-য়ানথৎপগী মখোল তারমই। মেজিসিয়ান অদুগী মখোঙ-মখুৎ, হকচাংশিং অদু তারকলমই। তারকপ হকচাং অদুগী মনাক্ত মেজিসিয়ান অদুগী মুপীন চেনশিল্লকুন কপ্লরে। মহাক্ত নিংথৌদ মপুরোইবগী মশা অদু পোৎলোইনব শীং খর নিজরমই। শীং অদু শেম-শারবদ মুপী অদু মপুরোইবগ লোয়নন মৈ থাদোকখ্রে। ওাহাক লৈরগ মেজিসিয়ান অদু লং অদুদগী কুমথথরকই। মহাক্ত রানাগী মফমদ থুরমদুন মাগী মুপীগী

মরম হংজরমই। রানান থাজত্রব রা মরম পুন্নমক অসি লীরমই। মহাক্ত মাগী মুপীগী মমিং পন্দুন কৌরমই। অঙকপনি মুপী অদু রানাগী মনাক্তগী থোরকই।

মায়াগী থবক ময়াম অসি মহৌশাদি মেজিক তোব মুপা অসিগী কুম্মৈগুম্মি। মহাক্কী থবক অসি অতিয়াদ য়ানব লংগুম ঙাকথৎ-শোগৎপ অমত্ত য়াওদে। লং অদুদ লান, মাপী মায়থিব, শিব-নচিংব তৌই। তৌইগুম্বস্তুং মতৌ-মনাও অদুদি থাঙ্গেশেংন হিংই। করিগুম্ব অমত্ত থোক্তে। উরিব পুন্নমক অদু ইচম-চম্ব উহনব কুম্মৈ ঙাক্তনি। অবিত্তাগী থবকশিংস্ত মসিগুম্ব ঙাক্তনি পোকপ, অহন ওইব, শিব, হোংব, শাগৎপ অমস্তুং থুগাইবনচিংব অসি পাক চাউরব মায়াগী সংসার অসিনি। অদুবু অশেংবদি করিস্ত তৌদে। পুন্নমক অসি মায়ানা উহনব ঙাক্তনি। য়াম্ম চাউন ঙাম্থোইরিবদি অমত্ত ওইব মহাক্তনি। উরিবশিং অসিদি মায়ান ওইহনব ঙাক্তনি।



# ১৫। থবাইদগী পাম্জব

ইনাকখুনব মুপা অমন উইল অম থম্লমই। মহাক্কী মচা মুপা ময়াম পোক্লমই। উইল অদুদ মান হায়রি "ঐগী ইচামুপা অমমমন মখোয়ন থাইদগী পাম্ব পোৎ অমমম খনজসমু। অয়েম্বশিং অদুন ঐগী থ্বাইদগী ফব মীনাইশিংন কংজসমু"।

আইনগী বিচার লোয়শঙন মচাশিং অদুবু মান মান পাম্ব পোৎ অমমম খন্নব হায়রমই। অমন কোমুং অদু খল্লে। অমন মমল য়াম্ব মণি-মুক্তাশিং অদু খল্লে। অমন হৈকোন-লৈকোনশিং অদু খল্লে। অতোনবদুন হৌগৎলক্লগ হায় "ইবুঙো, ননাই ঐদি ইপাগী মীনাইশিং অসি খনজরে।"

মী পুম্নমক চমম্লরে। কয়াদ ময়াইবক থিন্নব মখলনো? অদুবু মপান খনম্ব শেন-থুমশিং অদু মচাশিং অদুন খল্লব মতুংদা মীনাই খনব মচা অদুন মীনাইগী পোৎ য়াওন ললথুম পুম্নমক্কী মপু ওইগনি।

মরমদি আইনগী মতুংইন্না মীনাইগী লল অসি মপুগী ললনি। অয়েম্ব লন পুম্নমক্কী মথক্তা মীনাইশিংদু য়াওন নহা অদুগী ওইখি।

অশিংব সাধক অমসু ফিভম অসিমক্তি। মহাক্ক থবাইদগী হন্থব ফিভমদ লৈ, থবাইদগী থোক্লকই, থবাইদগী চম্ম লৈ। লায়রবগ, অনাব অমসুং অরাব ভায়বশিংবু সেবা তৌবদ মহাক্ক মুগুাইব ওমই। মখোয়শিং অদুদ মহাক্ক ভগবানবু উরে। অদুদি মহাক্ক করি কংবনো? মহাক্ক সংসারগী মপু অদুগ তিন্নব কংলে। লাইগী

ওইব অপাম্ব পুন্নমকী মহাক্স মপু ওইরে। মসিদগী তেন্না চাউব অভোম্প করি লৈরি ? তৌইগুম্বন্নং পুন্সি অসিদ পোৎ মচা-মচাশিংবু থম্লিব, ইন্দ্রিগ মন্নী লৈনব পোৎশিং অসিদি পুন্সি মাওব কান্নদব ওাকনি'।

ঈশ্বরবু থিজিনবদ চঙশিল্লু। বিশ্ব-জ্ঞানগী থৱাইদগী চাউরব লান অদু তানশিল্লু। পুন্নমক নঙোন্দ তিল্লগদবনি।

---

# ১৬। নিংথৌগী হৌদোঙগী ৱারী

থাইন মমাঙহৈদ নিংথৌ অম লৈরমই। মাগ হৌদোঙ অম লোইরমই। মাগ মকোক্ত থাউমৈ অম থাল্লমই। মাগ অহিংদ থবক সুন্নমই। মাগ মাগী মন্ত্রিশিংদ হায়রমই। হে মন্ত্রি, নখোয় অসি হৌদোঙগুম হায়ব ইনদে। মসিগী হৌদোঙসিদি এঙোন্দ য়ান্ন হায়ব ইল্লি। এন মসিগী মকোক্ত থাউমৈ অম থাল্লি। এন এগী থবক পুন্নমক সুমিদাংদ তৌই। লৌশিং লৈরব মন্ত্রি অমন হায়। "হে নিংথৌ অথোইব, এ হৌদোঙ অসি চাং য়েংজগে" মাগ থুমোক অমদ উচি মচা থন্ন হাপচিল্লে। অদুগ নিংথৌগী কান্নুদ চঙলক্লে। মাগ কান্নুদ উচিশিং অদু থাদোক্লে। হৌদোঙ অদুন উচিশিংদু হেক উবগ, চোংশিন্দুন উচিশিংদু কাথি। থাউমৈ অদু তারকথি। মন্ত্রিন হায় "ও, নিংথৌ, হৌদোঙগী অচুম্বদু কনায়নো ?"

কা মঙ্গুংদুগ উচি অমত লৈরে। অদুগ হৌদোঙদুস্থ তুমিন্ন লৈখে। নিংথৌন ইকায়বন মকোক লুকথখি। পুক্লিং অসিন পোৎ অদুবু হেক কংব ঙমদ্রবদি, মসি মতম থরদি তুমিন্ন লৈ। খুদোংচাব খজিক্কুং কংবদ মসিন হৌদোঙগুম্ন হেক্ত চোংশিল্লি। অদুগ ইন্দ্রিগী অপাম্বদ কূমথৈ, অদুন ভক্তথা! চেকশিল্ল, চেকশিল্ল, চেকশিল্ল।

---

## ১৭। "অঙাং অমগী লৌশিং"

মতম অমদ মমা অমন মচাদ ৱারী অম লীবিখি। মহাক্ন মদুবু পুংচুম চুম্ন লৌদুন তাখি। অপঙব মীন সংসার অসিবু চুম্ন লৌবগুম সৌরাষ্ট্রদ ইনাকখুনব নিংথৌ অম লৈরমই। মহাকী লৈবাকস্থ লৈতে, ময়ল-মথুমস্থ লৈতে। মীনাইস্থ লৈতে, কোন্নুংস্থ লৈতে। মাগী অঙম-অথৌ কমনাইব অমত্ত লৈতে। মান জিরো মহারাণীগী কজরবী মচাহুপী লুহোংখি। অদুগ মচানুপ মঙা কংজখি। মরি অমদি পোকপ নত্তে, অমদি মীরোন্দে। মতম অমদ মান সুংশিত্ত শিকার চৎখি। য়োৎকী বিম অমগী মতেংন মহাক্ন শামু অমগ কৈ অমগ কাপলমই। অদুগ মাগী লৈতব সহর অদুদ পুরকল্লমই। কার্বোনডাইওক্সাইদ অমস্থং সলফেদ হায়-ড্রোজেন, মহাক্ন অঙকপ কোন্নুং অম শাগ্নমই। লুপা লাখ মরিদগী লাখ ওন্নক খাইদোকপ চংখি। অদুগ মকম অদুদ মান শিরগ

লৈখি। মহাক্ল হিদাক খর পুখি মতুদি—ইরোই মরুম, কাও-মখোম অমসুং নূং মহি য়াওখি। মতুন * লৈ—মথি ফায়বগী লায়নাচু লায়য়েংখি।

নোংমদি মহাক য়ায় খৌরাংলমই। মহাক্ল ঈশিং অশেংব খর থরুমই, মতুম্ন সহরা মরুভূমিগীনি। মনীং য়াওদব পাত্রন শোক্লকপনি। মহাক্ল ঈশিং লৈতব তুরেল অমদ ইরুজব চৎখি। মতুদ মহাক্ল তয়ারক লুপখি, অদুগ মশাক্ল তেকথৎখি। মহাক্তি অচৌব ভক্ত অমনি, অদুবু লাইদি থাজদে। মাগী লম অমসুং খৌজান অমত্ত থাজদে। অদুগ ঈশ্বরবু নত্ত্রবদি পুম্নমক পামই। সংসার অসি রারী অসিগুম্ন চুম্মি। মায়াগী শুমহৎপ অমসুং অপাম-লাংবু চোকশিল্লু। ব্রহ্ম মতোমতন অশেংবনি। মাবু খণ্ডউ অদুগ ননিঙ তমউ।

---

# ১৮। চুগী রারী

লৌউব মুপা অমন চু মপুল অম কলিকতাদ পুরমই। মান রেল গাড়ীদ চৎলমই। মানা খঙবদি পৈশা য়াম্ন ফংলগনি সিংনি। হাওরাদ টিকেট কলেক্টরচু রেলদ চঙলকই। মপুল অসিগী মপু কনানো ? মপু অদুন হায়রমদে "মসি ঐগী মপুলনি" টিকেটকী মীচুন অঙোম্নশিংদম্ন হংলমই। কনা অমত্তন মপু

---

* য়াগী লৈ।

ওইন চোংখোরকত্রে। মমৈমথংদ মিহৌচাওব লৌোনব অমন হায়রকই "মনি ঐগী মপুলনি, সার" টিকেট বকেট্টরন খুদক্ত হায়রকই, "হৌজিকমক লুপ ২০ পীয়ু অদুগ চুসি পুখো" মহাক হৌজিক ফারে, মরমদি "মসি ঐগী নি" হায়রুবগীদমক্লি। অপাম্ব নত্রগ ঐগী হায়বসিমক্তন অব্রাব পুম্নমক্কী গুরুনি। "ঐ" অমস্তুং "ঐগী" ওইবসি লৌথোকউ। নংন নমিং তম্ব ফংগনি। ঐ হায়-বসিবু ঐগী হায়বসিন মতুংইল্লি।

---

## ১৯। হনুবী অমসুং য়েত্তুম

হনুবী অমগী য়েত্তুম অম ইমুংদ মাংখ্রে, নোংমা। অদুগ মান মত্থবু মপান্দ থিরি। থাবল মঙান্দ, মুপা অমন মঙোন্দ হংখি, "ও! মুপী! নহাক্ন মসিদ করি থিরিবনো?" মহাক্ন খুম্লকই "ঐগী ইমুংদ য়েত্তুম অম মাংখ্রে। ইমুং মনুংদ থম্বনিন ঐন থাবল মঙাল অসিদ থিরিবনি" সংসারিক মীওই পুম্নমক, হনুবী অসিগ মান্নরে। মপানথোংগী পোৎশিংদ, মথোয়মন মুংঙাইব থিরে। ও; মীওইব! মনুংদ য়েংউ। নপুম্বিং ফাজিল্লু। নংন নংগী আত্মাদ থৌজাল অদু লেপ্প ফংগনি।

---

## ২০। ওক অমগী বারী

মোংঙ্দি ঋষি নারদন, সুংশিরদুনা ওক মচা অমদ হায়রকই "ও, মরুপ, লাও ঐগ লোয়নন স্বর্গদ চৎসি। মকম অদুদ নং মতম চুপ্পদ সুংঙাইনি। নংন স্বর্গগী দোলাই তোঙনি। নংন স্বর্গগী উৎসব য়াওগনি। নংন স্বর্গগী ঈশৈ জগোই য়েংগনি।"। ওক অদুন পাওখুম্নরকই "ও, মুনি অথোইবা। মকম অদুদ থি-য়ুং অনৌবা ফংব্রা?" ঋষিহন হায়রকই "মকম অদুদদি কাম্নদবা, কন্তবা পোৎ অমত্তা ফংদে" "অদু ওইরবদি ঐ চৎলরোই" ওক্তুনা থুম্লকই। ও। অপঙবা সংসারিকশা। ওক মচা অসিগুম তৌগনু। হায়গনু "মোক্ষন ঐঙোন্দ করি পীগনি? নির্ভিকল্প সমাধিন করি কান্নি? করিগী ব্যক্তিহ মাঙহনগদৌরিবনো? করিগী সমাধিদ নুংঙুমগুম লৈগদৌরিবমো? মোক্ষন ঐথোয়দ করি শক্তি, করি সুংঙাইবা পীবা ঙমগনি? সংসার অসি থাদোক্লগ করি কান্নি? সাধু ওইদুনা চাক্লি-ফিনিবন করিদৌননি?" ও! অপঙবা মীওইবা। মরোল অহুমগী সুংঙাইবসিদি ব্রহ্মগী রূপা। সমুদ্রদ, মরিক অমতং ওইজবনি। নংগী সংসার অদি'দ, অরাবন থল্লবা, মৈগী মতুং অমনি। নং নপাবু থঙ্গদৌ অহুগ শিব নাইদবা কৃপাদু ফংজো।



## ২১। শেনব তম্মু

রামপুরদ লায়রব মুপা অম লৈরমই। মহাক পুকচেল শেংব লাইথাজব মীনি। মহাক কায়নার মচা অম ভোজরমই। মহাক্না সংগোম অকব য়োন্দুনা লুপা ১০০ ফংজরমই। মহাকী অকব পোৎলোব মী নৈজরমই। তপ্ন-তপ্ন মাগী মিহৌব হেন-গৎলমই। মহাক লুপা লিপিং অম পামলমই। মহাক্না অকব সঙ্গোম য়োরে, অদুগ লিপিং অম তারে। মহাক অমুকন্থ মিহৌরিং হন্দক অমুক লুপা লিপিং মঙা পামলে। মহাক্না ঈশিং তথাই য়ারে। অদুগ লুপা লিপিং মঙা তারে। মহাক্না য়াম ইনাকখুনব অম ওইনাংলে। মহাক্না অংগোব টাউন অমদ অংগোব কায়বায় হৌরে। লম্বীদ, তুংরগ মপান্দ শেন মঙ্গোম অদু থমদুনা নীংথিব ইরুজ্রথোক্লে। শেন মঙ্গোমদু য়োংনা পুদুনা উথক্ত কাখ্রে। অদুগ লুপা লিপিং অনি চামঙান ঈশিংদ থাদরে। অদুগ লুপা লিপিং অনি চামঙান মুপাদুনা পীংরে। মুপাদুনা হৌজিক থঙজরে। মান ঈশিং য়ান্দুনা তানব পৈশাদু ঈশিংদ অমুক হনজিনখ্রে। মহাক হৌজিক অকব পায়া অম ভমজ্রংরে। মপু ক্লিংদু হৌজিক ঈশ্বরদ নৈশিনজরে। অদুগ অংগনব পুন্সি অম ওইরংরে। মিহৌবদি তমথিব য়েক্রুবনি। মিহৌব থাদোক্তুনা অংগনব তম্মু।



## ২২। 'নংগী নুপীদু লুখ্রা ওইরে'

মতম অমদ মুপা অমন, মতম কুইনগী মতুংদ লাকপ মাগী মরুপ অম ওক্লব রেল ষ্টেসন্দ থোরক্লমই। মরুপ অদুন মহাক উম্নবদ হংই: মরুপ মপাং মরি-মতা পুম্নমক ফরিংনা? মুপাদুন খুমলকই "হোয়, পুম্নমক ফরি অদুদ, "মুঙাইতব পাউ অমন নংগী মুপীদু হন্দক্ত লুখ্রা ওইরে।" মাগী মরুপ অদু অচম্ব, কাল য়াওদব মীত্তা ওইরমই। মান কম্ন কপ্লক্লে। মথবাক খুত্তুম শুরক্লে। অদুদগীদি মুপাদুন মরুপ্তুদ হায়রকই। "ও, রাম পঙগম্ব নংন হিংলিঙৈদ কমদৌন, নংগী মুপীন লুখ্রা ওইদৌরি?" অত্তদত মাহাক তপ্ন ইংথরকই। সংসারিকশিংগী ফিভমম্ব মসিনি। মান মাঙখিগদব হকচাং অসিবু শিব নাইদব আত্মাদু ওইন লৌথি।। অদুন পুম্নমকসিবু এগী ওইন লৌশিনখি। অপাম্বন মাবু কপহল্লি। থৌজাল হৈরব সাধুন মাবু থেমজিনবি। অদুগ অঙোন্দ পাউত্তাক পী। "ও, মীওইব! ন'দি হকচাং অসি নত্তে। নংগী অশেংবদি সৎচিদানন্দ হায়বসিনি। কম তুম্বসিদগী হৌগৎলু, "তত্ত্বমসি" নংদি "মদুনি" মত্তুদ্ত নহাক্ত পাঙ্গল ফংগনি। ধ্যান তৌ অমম্বুং আত্মা জ্ঞান ফংউ।

———

## ২৩ । লম্বোইবু অমগী বারী

মুপা অমন মুত্তিগী মতুংদা হায়: "ঐদি লম্বোইরগনি।" মুপীচুন হায়: "হোয়, নং লম্বোইব য়াররনি।" মহাক মরু কোকথোক্লে, কংলা মচুগী কি শেংলে অদুগ তুরেল অমগী মপান্দ কমলে। কনানসু মঙোন্দ চানব পিবিদে। মহাক লাম্বন প্রোক-প্রোক চাকলে। মহাক ময়ুমদ পুং ১০ দ হল্লিল্লক্লে, অদুগ থোঙদ থীল্লরে। মুপীচুন হায়রকই, "কনানো?" মুপাচুন খুম্লকই, "ঐ নংগী মরানে।" মুপীচুন হায়রকই, "মসিদদি লম্বোইব চঙলকপ য়ারোইয়ে।" খুদক্তা ঋষিকেশ শিবানন্দাশ্রমদ চৎখ্রে। মুপাচুন হায়রকই; "মুংশিরবী, ঐন নঙোন্দ ফাগি ত্তোবনি, থোঙ হাংদোক্লো, ঐ লাম্বন শিগদৌরে। ঐ মতুংদ সন্ন্যাসগী রাখল ত্তোজররোই। ঐন রাজকচরিব-সিনি মুংশিবী। ঐঙোন্দ চাক খর হায় পিয়ু। চজিক ওইররবসু য়াগনি।

---

## ২৪ । নিংথৌ অমসুং লম্বোইবু অম

নিংথৌ অমন গঙ্গা তুরেল মপান্দ লম্বোইব অম ওক্লরমই। লম্বোইবদু মুপগী কৌপিন অমত্ত শেংলমই। মাদি য়াম্ন হরাও মুংঙাইন লৈরমই। মমায় মমিৎ পুমলং লংলমই। নিংথৌ অদু ওকপদ থেংথে। মান লম্বোইবদুন বারী শাব হৌরকই। "ও; লম্বোইব। নংন অমুক মুংঙাইবসি মরম করি লৈবগে?

নংগীদি লন-থুমস্থ লৈজদে।" লম্বোইবন খুম্নকই, "ঐগীদি অপাম্ব স্থপলৈ লৈজদে। অদু ওইরবদি লন থুমগী করি দরকাররনো? নিংথৌন হায়, "নংগীদি সিকাইস্থ লৈতে।" লম্বোইবন খুম্নকই, "ঐগীদি য়েক্লব লৈজদে। অদুদি করিগী সিকাই দরকাররনো?" নিংথৌন হায়, "নংগীদি কোন্নুংস্থ লৈজদে, লম্বোইবন খুম্নকই, "ঐগী কোন্নুংদি য়াম্ন চাওই, কজে, 'সংসার পুম্বসি ঐগী কোন্নুংনি, অতিয়া অসিন ঐগী পেনি। নাপি অসিন ঐগী গালিচা ফিদানি। ঐগী খুদাং অসিন মোননি। য়ুমশিং অ'সন ঐগী ফিজেৎনি" নিংথৌন হায়, "নংগীদি স্থপীস্থ লৈতে, নচাস্থ লৈতে" লম্বোইবন খুম্নকই "শান্তি হায়বসি ঐগী কজরবী স্থপীনি; ব্রহ্মজ্ঞান হায়বসি ঐগী ইচানি।" লম্বোইবগী পাউখুমশিং অসিদ নিংথৌ অদু পেল্লমই। মান মাগী লৈবাক থাদোক্লে। অদুগ লম্বোইবগী সেবক ওইরে। অপাম্ব লৈতব অমস্থং অপঙব কোকপ হায়বসিন মী অমবু নিংথৌশিংগী নিংথৌ ওইহল্লি।

---

## ২৫। মীওইবগী নুংশিবদি অহোবনি

মপুরোইবত্তুন মাগী স্থপীদুদ হায়, "চাম্নথোইরবী! ঐন নংবু পুম্নমক মাম্নন নুংশিজৈ, নংদি ঐগী পুন্সিনি অমস্থং থবাইনি। ঐন মিকুপ অমতস্থ নংগ কাম্নব ওমজরোই। তশেংনমক, নংদি ঐগী থবাইদগী নুংশিজবীত্রুনি।" স্থপীদুন মপু-

য়োইবত্তুদ হঙ্গংহৈ; "নংদি ঐগী থম্মোয় নুংশিবত্তুনি। নংদি ঐগী মিৎ থক্ষম অহুনি। ঐন নংবু কয়া নুংশিজবঃ ঈশ্বরতন থওবিগনিঃ ঐন নংবু মিকুপ অমত্তং কায়নবদ ঐগী পুন্সিগী শ্বর তৎখিগনি।" মসিগী য়ারোসি নুমিদাংদ শাবনি। অয়ুক অঙনবদদি নুপাচুন নুপীচুবু খাইনব য়াই; নত্রগ নুপীচুন নুপাচুবু খাইনব য়াই। মখোয়গী নুংশিনবগী অচেৎপ অমস্থং উনশাদগী পোকপ নুংশিবত্তু মসিনি। মীওইবগী নুংশিবত্তু মসিনি; মসিদি অপাম্বমায়ানি। মসিদি য়াগুম্ন মরিল হোবনি। আত্মাদগী পোকপ, অশেংব দৈব্যপ্রেমত্তু য়োকখৎলু। মসিদি মতম পুম্নমক্ত লেঙদবনি।

— — — —

## ২৬। মদু হৌজিক শীয়

ওক অমন যণ পূজা তৌব, যণবু খুরম্ব, নিংথৌ অমদ চৎলমই। "ও, নিংথৌ" ওক্কুন হায়রকই, "নংন ঐবু কদৌটৈ খুরমগনি ?" "চৎথোকখ্রো চৎলো নত্রবদি ঐন নংবু হাৎলনি" নিংথোন হায়রকই। "হোই, অহোয়" হায়দুন ওক্ক, কপ্পকই। "ঐ থওজরে; নংন ঐগী শত্তুম পায়ে; ঐন নঙোন্দ ওকণা পিনব শিয়িবনি; অত্তুগ নংন ঐবুদি খুরমদন যণবু খুরমই।" "ওক অপওব" নিংথোন হায়. "নংদি নংন শিরগ ঐবু সেবা তৌবনি, অত্তুগ শেংলব যণবা অসিদি মান হিংলিঙৈদ ঐঙোন্দ শঙোম পি, মাদি ওইজব থাদোকপ অমদি দানগী মুর্ত্তিনি, অত্তুন ঐন মাবু খুরম্বনি।" নশান হিংলিঙৈদ

দান-তৌ, নংন শিরগ নংগী লল অসি অতোপ্পগী ওইগদবনি হায়ব, উইল অমা ওইগনু। মসিদি অচৌব ওইজবথিব অমনি। নংদি নংগী অরৈবত্ত য়েন্নব পামদে, নংন করিগুম্ব পিথোদক্কব লৈরবদি মতু চৌজিক পীথোকউ।

---

## (ক) রাম্নদাসকী ৱারী

স্মর্থ রামদাস হায়বসি পৃথিবীগী খরাইদগী চাওরব সন্যাশিংগী মরক্তা অমানি। মহাক সাধু তুকারামগ মতম অমত্তুনি। মহাক অংাং ওইরিঙেদগী হৌন ভগবানরামগী দর্শন ফংলক্লব অমনি। ভগবান রামদাস মশামক্ত মাবু দিক্ষা পীখি।

মশাগী চহি তরানিথোই শুরকপদ মাগী লুহোংনবগীদমক শেম-শাব লোইরে। মাবু লুহোংনবগীদমক কন্যা অমগী মনাক্ত ফমংলে। ব্রাহ্মনশিংন মন্ত্র থিরে। লুহোংবগী মাগুব অদু বার্তুণগী অতিথি-শিংনা থল্লে। য়াম্ন ধুম ধাম হৌন বঝাই-বজুল খোংলে অদুবু। বর-কন্যা অনিগী মরক্ত পর্দা অমা লৈ। খরাইদগী ফব পুংফমদ পুরোহিৎ অদুন লাউরকই: "সুলগ্নস্য সাবধান"— খরাইদগী ফব মরম অদুগীদমক শিজিন্নগদবনি। মসি মীওইবগী খরাইদগী রাংব পাঙথোক্লবগীদমক শিজিন্নগদবনি। অদুগ মতুদি পুম্নমকপু থাদোকপ অমত্তুং ঈশ্বরদ পুক্নমক কথোক্তুন চঙ্জব অসিনি।"

রামদাস অদু ফমকমদগী ফুক হোগত্তুনা, থুন-রাওন চেষ্ঠোকখ্রে, অদুগী মিকুপ অমগী মনুংদা উব ফংখিদ্রে। অস্মু মাগী পুন্সিগী অরোইবা কাওবা অচৌবা সাধু অমা ওইনা লৈখি।

---

## (খ) শিবাজীগী বারী

ছত্রপতি শিবাজীনা কোন্নুং মনুংদগী য়েংথোরকপদা মাগী গুরুদেব রামদাসনা মথুক্তা ভিক্ষাগী পাত্র পায়রদুনা লমীদা চৎপা উখি। মাগী রাজ-সম্পতি পুম্নমক মথুক্তা শিন্নরবদা করিগীদমক ভিক্ষা মিবা চৎলিবনো হায়রবসি অঙকপা অমা ওইরমই অমসুং থনবদা লাম্বা ফংলমদে। অদুমকপু, সাধুশিংগীদি থঙদবা লৈতে। শিবাজীনা মাগী মরুপ বালাজিদা চে মচেৎ অমা ইরগা মদু মাগী গুরুদেবনা কোন্নুংদা হল্লকপদা পিয়ু হায়দুনা পিরে।

সুমিৎ য়ুংবগী অদুরাইদা ভিক্ষাগী পাত্রদু পায়রদুনা রামদাসনা কোন্নুং চঙলকপদা বালাজিনা চে মচেৎ অদু কৎলদুনা খুরুমই। চে মচেৎ অদুদা শিবাজীনা মাগী লৈবাক পুম্নমক অসি গুরুদেবগী মকমদা কখোকচরে অমসুং নোরুক্লা গুরু কৃপা নিজরি। গুরুদেবনা নোক্লদুনা বালাজিদা হায় "মসিমক রাম্ব চুমদবা অমনি।" মতুংগী অয়ুক্তা রামদাসনা শিবাজীবু কৌরে, অদুগা মাগী লৈবাক অদু হায় কখোখ্রবিদনা মথং ফরি তৌপদগে হায়বদু শেংনা তাকপিরে।

শিবাজীন রামদাসগী মখাওদ থুকনজক্লুন পুন্নমক থাদোক্লগ গুরু সেবাদদ লেল্লবদি মতুন হেন্ন কৃপানি হায়বক্ল য়াওখি। মথংদ রামদাসন হায়রকখিঃ "ল্যাকউ, ভিক্ষাগী পাত্র পায়ন্ন হৌজিক ঐখোয় অনী কোয়ন চৎলসি।" অমুম্ন রামদাস অমসুং শিবাজী কোয়ন ভিক্ষা চৎলকপদ শিবাজীন মাগী প্রজাদগী ভিক্ষা লৌখি অমসুং প্রজাশিংন গুরু-শিষ্য তুরাক্লবু য়াম্ন নোম্লক্ল থুরুমজক্লুন ভিক্ষা হাপখি। ভিক্ষা লৌরগ মখোয়ন তুরেল মপান্দ লাকখি। রামদাসন মাগী চম্লব চারা অক্ল থোংখি অক্লগ শিবাজীন গুরুন চারম্ব প্রসাদি অক্ল ফংখি।

হৌখিব কর্মন পুক্লিংদ মখি তাখিবন (য়েকখিবন) নিংথৌ ফাওবন চাক্লিব ওইখি। শিবাজী মশাথক মহারাষ্ট্রগী লপ্নোইব মূর্থ রামদাস মশামকী পাউতাক মতুং ইন্ন ভিক্ষা নিব অমদি নিভৃত্তি মার্গগী লম্বী চত্তুন কর্ম তানখি।

---

## (গ) সদাশিব ব্রহ্মেন্দ্রগী ৱারী

সদাশিব ব্রহ্মেন্দ্র সরস্বতী অসি পৃথিবীগী অঙকপ জীবশিংগী মসুংদ অমনি। মহাক পোকপদগী সিদ্ধি লোয়নবক্লব য়াম্ন মগুণ চাউব সন্ন্যাসি অমনি। মাগী হাম্নগী মমিংদি শিবরামকৃষ্ণ হায়বসিনি।

শিবরামকৃষ্ণ অসি ছাত্র ওইরিবৈগী মতমদা লুহোংখি। নোংম, মমান মচানুপাগী নুপী, মমো অদু মীওই শুরে হায়রব পাউ কংখি। অদুগ নুমিৎ অদু মহাক চাক-এঙ্গাং খরা নাংথিনা থোংলমই। মসিদ শিবরামগী ওজাগী ময়ুমদগী স্কুল তম্বা হল্লককুবই। মান থোংলিব চাক অদু পুং অনিরোম চাইরব তারমই। মসিদগী মান মতোমন্ত খঞ্জরমই। "কয়াদ পুংশিন্নব। য়ুম পানবগী থবক অসি তশেংবমক হায়রমগ্রব অরাবন থল্লি। ঐদি ঙসি ফাওবদি য়ুম্বানব অম হাপ্রবদু ওইহ্রি, অদুন য়ুম্বানব অমগী পোৎ-লুম অদু পুথ্রি। করিসু নওবন (কারদবদ) হৌজিকপু ঐন পুং অনি চরা হেনব তারি। মসি মর্থ লৈতব অমনি। থোদোক, কর্ম্ম অসিন করিনো? করিগীনরক্ত কর্ম্ম অসি তৌরিবনো? কারি কাননবনো? মখোয়শিং অসিন ঐঙোন্দ করি কারগদৌ-রিবনো? জ্ঞান লৈত্রবী ইমা অমসুং অপওবী নুপী অসিন ঐন করি তৌগদৌরিবনো? ও! শোয়দ্রে, তশেংনমক মসি য়ুমপানবগী অবাবদু হৌরবনি। ঐঙোন্দ নুপী অসিন করিসু কাননিংঙাই লৈত্রবসু ইশান য়াজদন ঐবু নুপা অসিগ চৎনবীগী মরি অম থমজিনবিরে। মসিন ঐঙোন্দ তুংদ য়ুমপানবগী পুন্সিদ থোক্লগ-দৌরিব অবা-অনাদুগী চাউরাকপ মরম অম পিবিরবনি। ওকচরে, ওকচরে, পুন্সিগী পান্দমদি পদার্থ জীবন অসি নত্তে। মসিদি হেয় রাংবনি। মসিদি মপান নাইত্রব জ্ঞান অদুনি।

শিবরাম অসি য়াম্ন শিংথ্রব, থম্দোক-থঞ্জিন হৈথ্রব নুপা অমনি। মাগী জ্ঞান অমসুং বৈরাগ্যগী কর্ম্মদুন মাবু লমজীংবনি।

মাব ময়ুমদগী গুরু শিব গোরক্ষনাই অমসুং মুক্তিকাব গুরু পন্নালাসিংহেন্দ্র স্বরস্বতিন মাবু শুণকপ ব্রহ্ম জ্ঞানগী দিক্ষা পীখি। মতম পূম্বক্ত খণ্ডনরব, খ্বাইদগী চাউব জ্ঞানিরক্ত মহাক অমনি। নরাব - অমন মথুং ককথৎপিরব ফাওবদ মহাক সংসারিক অসিগী মরমদ বরিদু খণ্ডখিত্রে। মহাক পৃথিবীগী মীপুম থুংদংদ-মপুং ফারব মী অমগী ফিদম্নি।

---

## (গ) রাজা গোপিচান্দগী বারী

রাজা গোপিচান্দ অসি মালেম্ব্যগী মঙ্গিক চাউরব নিংথৌ মচা অমনি। খ্বাইদগী শকথঙ্ক্ব, অকে-অমৌগী নিংথৌ মচা-শিংগী মরক্তা মহাবত্তু অমনি। মজব পূম্মকক্ত তিরব মাগী মুপী অম লৈরমই। মহাক মুপী অদুদ য়াম্ন মথন্নাই লুপচরমই। মহাক্ত মীওইবনু খণ্ডমব খব্বাইদগী রানে অকে অমৌ অদুদ লেঙ্গ-রমই। মহাক্ত সংসারগী মুংঙাইবদ পুংলুপ লূপখিদ্রুন পুন্সিগী পান্দম পূম্মক কাউথিরমই।

রাজা গোপিচান্দগী মিনাবতী কৌবী মমা অম লৈরমই। মহাক য়াম্ন পুক্রচেল শেংব ভক্তি লৈব মুপী অমনি। মচোন্দ সাধু গোরাখনাথগী প্রভাব য়াম্ন লেরমই। ফাওরব আধ্যাত্মিক গুরু অদুদগী ফংলকপ অচুম্বগী ফিদম মশাদ লৈরমই। মহাক্ত মপুং ফাব অদু ফুংনংগীদমক পূম্মক থাদোক্লব পুন্সি অম ওইনা লেরমই।

যোগী গোরাখনাথন মাগী মমাবু হোংহল্লে হায়বসি গোপী-চান্দন খঙখি। অদুদসু নত্তন গোরাখনাথগী ফুরিৎখাউদ মাগী মমা হাপচিনখ্রে, হায়ব তোকঙা অমসু ঙাঙনরম্মই। অদুন গোপীচান্দ অদু খম থেংনা শাউরম্মই।

মহাক্ন মিনাবতিগী মনাক্ত চৎখিদুন কিহম্নবগ লোয়নন খীন চৈরম্মই। অদুবু মমান গোপিচান্দগী রাশিংদুবু থোশারুদে। গোপিচান্দন গোরাখনাথবু হাৎনব লম্বী অমা পুথোক্লে।

গোপিচান্দন লুরব গুহা অমা তৌরে অদুগ মদুবু উপাক অপাবন কূপশিল্লে। মহাক্ন গোরাখনাথবু নোল্লকপ অমদি হায়ব ইমব শাশিন্নদুন কোম্নুংদ থাত্তন তৌরে। কোম্নুং মনাক্ত লৈরিব, উপাক্ন কূপশিনব গুহা অদুগী মথক্ত গোরাখনাথবু ফমহল্লে। মহাক্ন হেক ফমথবগ উপাক অদু শত্তোক্নব রাথং তৌদুন গোরাথনাথবু ঙাকপিব লৈতন থাদখ্রে। অদুগ মুং মন্নাম অমা মতুংদ থাদদুন কোমদু ফুনজিল্লে।

পাউ অসি মিনাবতিগী মফমদ বম্ভ তাবগুমখ্রে। অদুবু মাগী শক্তি লৈজদবন করিসু তৌব ঙমজখিদে। অদুগী মথক্ত গোপিচান্দগী ইন্দ্রিগ মরি লৈনব পুন্সিদ লুপ্প অসিন কদৌউ লোইরকদগে হায়বসিদ অরাব ওইখি।

মিনাবতিন ফাওরব পাঞ্জি অমদগী তারমই মদুদি ইন্দ্রিগী মুংঙাইবদ ফা-হেন্ন পুক্লিং লূপখিবন গোপিচান্দগী মমাদ মতম থরগী মনুংদ লাইথুং পক্লগনি, অদুগ সন্ন্যাসিদ দিক্ষা তৌরগ কোকনি। নোংম গোপিচান্দন ইরুজরিনৈদ মমান মাগী মশাদ

অতৌব মরিক অম উখিরমই। পাঞ্জিন হায়খিব অচু ওই-রক্লমালে হায়দুন মহাক্ক রাপ্ন চিংনরমই। অঙন গোপিচান্দবু সন্ন্যাস তৌহনিংলমই।

নোংমদি গোপিচান্দন কোম্মুংদ মাগী রাণীশিংগ শান্নমিনরমই। কন্নরব যৌ নহাশিংন মাবু মনম মুংশিব থাউ তৈবিরমই, থরন কোয়ন লেপ্তুন হুথাই হুন্নমই অমুন্ন মতম লৈবখিবিক্ত নোক থেদুনভ লৈবসি নিংথৌ অমগী কাহেনব ইন্দ্রিয়ী মুংঙাইবনি। মসি পুন্নমক অসি ধর্ম চেন্নবী মমান দলান মথক্তা উখি, অমসুং নিংথৌগী মায়ান কূপ্লব লমচৎ অদুন মঙোন্দ অরাব অমা ওইখি। মখাদ লৈরিব গোপিচান্দগী মমাদ মথক্ত লৈরিব মমাগী পি মরিক থর তাখি। মনম মুংশিব চন্দোল থাউ তৈদুনা মশা ঈংহল্লিব নিংথৌন অশাব মরিক থর তাবকপ অদুদ ইথঙ থঙহৌদন রেংখৎখি। অদুগ মাব মমান কপ্লদু উখি।

“শক্তি লৈরব নিংথো ঐন হিংলিতৈদ ইমান কপ্লবদি ঐগী পুন্সি অসি কান্নদব অমনি” হায়বসি গোপিচান্দন মবুক্ত খনখি। মহাক্ক মথক্ত কাখত্তুন মমাদ মান রাবগী মরম হংখি। মিনাবত্তিন মসি মাবু হোংহন্নবগী থবারদগী মতিক চারব মতম্লি খনখি অমসুং হায়রকই।

“ইচাস্মুপা। নংগী পুন্সি অসিগী অর্থ করিনো? ওম্মোকপনি, করাদ মমল য়ামথ্রব পুন্সি অমা নংন মাঙহন্নবনো? ইন্দ্রিয়ী মুঙাইব অসিন পুন্সিগী পান্দমলা? নংবু ঐগী মুংশিরব ইচাদু নত্রা? নংবু ইন্দ্রিয়ী মুংঙাইবসিন অমম্বদ তাহন্নত্রা? অদুদগী হেম্মোক্তুন

ইচানুপা নহাক্ত গোরাখনাথকী মফমদ কয়াদ অকিবগী মশক ওইরব পাপ লঙজখ্রব। মুনি গোরাখনাথবু লৈনংদ ফুমজিল্লুবগী করি ফল লাক্কদগে ? নংবু হিংনীংলিত্রা নত্রগ গোরাখনাথগী অশাওবগী মৈহব চাকথেকহন্নিংলত্র ? ইচানুপা। নংবু কদোইদৌ নমিৎ পাওলকদগে, নংবু মুংঙাইবদ চোকথত্রিত্রা ? নংবু অমোৎপ মুপী মরক্তগী কাখৎলকপ ওমত্রিবরা ?

কদোইদৌ নংবু নিংথিন, নিয়ম চুম্ন হিংলকখিগদগে ? ঐগী অর্যবসিগী মরম করি ওইরিবগে ? ঐগী মুংশিরব ইচানুপা করিগী ঐগী অরাবগী মরম হংলিবনো ?"

মমাগী রাহৈশিং অসিন গোপিচান্দ মমিৎ পাওহল্লে। মান মীওমদন হায়রকই "মুংশিরবী ইমা ইবেম্ম! মসিন ঐগী ইন্দ্রিগী মুংঙাইব অরোয়বনি। মসিদ ঐগী মুংঙাইব লোইরে। মসিদ ঐগী নিংথৌগী পুন্সি লোইরে। মসিদ ঐগী কোমুংগী পুন্সি লোইরে। ঐ লৈবাক থাদোক্লে। ঐ সংসারিক মরি লৈনব পুন্নমক থাদোক্লে। ঐ করিগুম অমত্ত শামজল্লে। ঐ ভিক্কারি ওইরগনি।"

গোপিচান্দন নিংথৌ কি থাদোক্কুন ভিক্কারি অম ওইন থোরক্লে। মান কোমুংগী মীনাই অমদি মাগী হৃদীদগী ভিক্কা নিরে। মাগী মুপীন মাবু মহারাণী ওইন লৌশিনবিনব হায়জনি। অদুবু কনামতন গোপিচান্দ হোংহনব ওমখিদ্রে। মহাক সহরগী লমীদ থোরক্লে।

লম্বীদ অস্থুম লাকপদ গোপিচান্দন মাগী গুরুবু লৈনবুংদগী লৌখৎনীংলব গোরাখনাথগী শিষ্য জালান্ধারানাথগ থেংনরমই। গোপিচান্দন জলান্ধারানাথকী মফমদ ঙাকপিয়ু হায়জরমই অমসুং মান হায়ব পুম্নমক ইঙ্গগনি হায়রমই।

জলান্ধারানাথন গোপিচান্দবু, গোরাখনাথবু ফুমলিব মফম অদুদ পুরে অদুগ কোম মপান্দ গোপিচান্দগী মূর্তি অমা থম্লে। মান গোপিচান্দগী মতুংদ লেপ্লে। জলান্ধারানাথন গোপিচান্দবু লৈনবুংদ লৈগ্লব গোরাখনাথবু কৌ হায়রমই। গোপিচান্দন হায়রকই :—"গোরাখনাথ, নিংথৌ গোপিচান্দন কৌরি"। মসি হেক হায়রগ মনবুংদগী ফুদোরকপ খোঞ্জেল অমন কোম মপান্দ থম্লিব মূর্তি অদু উং ওনখ্রে। হন্ন-হন্ন মূর্তি অদু অহুমলক থ দুন গোপিচান্দন অহুমলক মাপল তৌন কৌখি। অদুবু গোরাখ-নাথগী অশাউব মৈন মূর্তি অহুম্মক মাঙহনখি।

মরিমক শুবদ জলান্ধরানাথন হায়রকই। "নংগী নচা, নংগী ননাই গোপিচান্দন কৌজরি" হায়য়ু। গোপিচান্দন বাহৈ অসিন য়াম্ন নোম্লরু, গোরাখনাথবু ভক্তি তৌন হায়রকই! থুদক অদুদ গুহা মনবুংদগী গোরাখনাথং থোরক্লুন গোপিচান্দবু মাগী হৌখিব ফত্তব থবক অদুগীদমক ঙাকপিখি অমসুং থৌজানবিখি।

গোরাখনাথন গোপিচান্দবু দিক্ষা পিবিদুন মাগী শিষ্য অমা ওইন লৌশিনবিখি। মসিদ রাজসভা অদু মুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখদে। গোরাখনাথ অমসুং মিনাবতিন গোপীচান্দগী অরোইব • রিক্ষা ওইন মচলগুপী চন্দ্রাবলিদগী ভিক্ষা লৌরুচো হায়রমই।

গোপিচান্দন মচলমুপিগী মখুত্তগী ভিক্ষা লৌব চৎলমই। চন্দ্রা-বলিন মাবু খওলদুন নিংথৌগী পুন্সিদ অমুক হন্দ্রিননব কন্ন হায়জখি। তৌইগুম্বদুং, গোপিচান্দদি আধ্যাত্মিক জ্ঞানদ মরা চেৎন লৈরব অম ওইরমই। করিগুম্ব অপাম্ব অমত্তন মাবু অমুক কান্জিনব ওমখিদ্রে।

মতম পুম্নমক্ক খ্বাইদগী রাংব সন্যাসিগী খুদম ওইন, ওসি কাওবদ গোপিচান্দগী মমিং চৎলি।

---

## (ঘ) রাজা ভার্তিহারিগী বারী

নোংম, নিংথৌ ভার্তিহারিন সিংহাসনদ কমদুন লৈরিঙৈদ রায় চাউরব তপস্বী, ঋষি অমা মাগী দরবারদ লাক্লমই। ভার্তি-হারিন খুদক্ক হৌগত্তুনা তপস্বী অদুবু খুরমজদুন মথক মথাগী সেবা তৌজখি। মদুদ সাধু অদুন পেল্লদুন হেক চাবদ শাস্তি অমদি অমর ওইব উহৈ অম পীরমই।

নিংথৌ ভার্তিহারিগী মশক ফজরবী, সুংশিজরবী মহারানি অমা লৈরমই। মাগী নহা ওইরিবী রাণী নত্তন উহৈ অসি চাবদ কনাম্ব মতিক চাদে হায়ন খল্লমই। লাইগী শক্তি লৈরব উহৈ অদু নিংথৌন মাগী রাণীদুদ পীখ্রে। নহা ওইরিবী রাণী অসি মপানগী হিরম কয়াদ নিংথৌগী চান্নজবী ওইদুনসু মাবু পুখোক-পুশিন তৌব, দোলাই থৌব অদুবু মরুপ্পী ওইন থমলম্মী। অদুন মান উহৈ অদু মুপা অদুদ অমুক পীরমই। অদুগ

নিংথৌগী দোলাইথোৎ মুপা অহুগীসু পুংশিনরবা ওক্তবী মুপী অম লৈরমই, অদুগ উহৈহে মঙোন্দ মযুক পীখোকখরে। হৌজিক ওক্তবী অসিন উহৈ অসি চাবদ মতিক চাবদি সুপ্নগী নিংথৌ ভার্তিহারিদনি হায়ন খল্লমই, অদুন উহৈ অদু পুদুন কোন্নুংদ চৎখিদুন নিংথৌদ কৎলুরে। নিংথৌ ভার্তিহারি অদু ওকখে। মহাক্ন মাগী নহা ওইরিবী রাণী অদুদ পীখিব উহৈ অদুন করম তৌন ওক্তবী অসিদ য়ৌরক্লিবনো হায়বসি মহাক খনব ওল্লমদে।

য়াম্ন লুন খল্লুরব মতুংদ অওকৃপ থৌদোক অসি ফল তারমই। থৌদোক অসিগী হেক মমাঙদ, ভার্তিহারিগী মনাওন রাণীতোন অসি দোলাই থোৎ মুপাসিগ পুংশিনরে, মহাক্কী সতী ওইদব লমচৎ অসি নিংথৌ কোন্নুংগী মিংচৎ খীবনি হায়দুন নোংম ভার্তি- হারিদ তমথি। অদুগ রাণীতোন অসিন হৌজিক থৌদোক অদুগ চান্নন থৌদোক অমসু পুথৎলক্লি, অদুগ মতম অমদ মঙোন্দ মরাল শীবগী দণ্ডি ওইন মনাও মুপাবু লোইথাখিব অদু অচুম্ব নত্তে হায়বসি খুদম কংলে। থৌদোক অসিদ মান হেক ওল্ব- মখৈ নীংথিন থিজিল্লব মতুংদ রাণীতোন অসিগী মথক্ক মনাও মুপান মরাল পীখিবদু অচুম্বনি হায়ব খঙলক্লে। মহাকপু অমদি নিংথৌ শাগৈব, মনাও মুপাদুন কনা পুংশিব অমদি মাবু মুপি অমন কয়া য়াম্ন পঙহল্লম্ব হায়বদু খঙলক্লে।

ভার্তিহারিগী মকমদ অশেংব বৈরাগ্য হায়বদু কাওরক্লে। মহাক্ন হৌজিক সংসার অসিদ থাইগেন্নেন অশেংব পুংশিব

হায়বদু মতু নত্রগ মচিন মনাও নত্রগ মরুপশিং ফাওবদ লৈদ্রে হায়ব খঙলক্লে। মান সংসার অমসুং মাগী মুংঙাইবশিং অশিবু পুমওক-ওকচরে অদুন খুদক্ত মতু-মচা, নিংথৌ কোমুং থাদোক্তুন উমংদ চঙদুন সন্যাসি ওইখ্রে। মহাক্ত চহি কয়া চুপ্প অকনব ধ্যান তৌরব মতুংদ আত্মা জ্ঞান ফংখি। মহাক্ত বৈরাগ্য সৎকাম হায়ব লাইরিক অদু ইরমই। অদুবু হেক পারুব মী খুদিংদ অপাম্ব পুম্নমক মাঙখিদুনা বৈরাগ্য ফাওরকই।

— —— —

# (ঙ) পাটিনাটু পিল্যারগী বারী

পাটিনাটু পিল্যার হায়বসি ছোলা লৈবাকী হৌজিকী তাঞ্জোর জিলা অমসুং মনাকী লম কাবেরিপোম্পাত্তিনামা হায়ব মফমদ লৈরম্ব মাম্ন ইনাকখুনব মুপা অমনি। লন-থুমগী মবুত্তো কুবের মশামক্ত মসিগী ইনাকখুনব পাটিনাটু অসি ওইন শারোল-লকপনি হায়নাকাও থাজনৈ। অদুবু মাদি মচা পোক্তে।

অমরোমদন সারুমার অমদি সুসিগা কৌবা শিব নীংখ ব্রাহ্মন মতৈ মনাও অনিসি মখোয়গী লায়রব অসিন মরম ওইদুন অরাব অম ওইরমই। মোংম মখোয়গী মমঙদ ভগবান শিবন "নোংঙাল্লগ লাইশঙদ চৎলু ঐ অঙাং ওইন লৈরমগে ঐবু লৌরোলাও, হায়রমই। অদুগ অঙাং অদু পাটিনাটু

পিল্যারদা পৈশা য়ামনা লৌদুনা পীথোকউ হায়বসিন্থ মমঙদুদ হায়রমই। মশাগী অঙাং য়ামন পামজব পাটিনাটু পিল্যারদ অঙাং অদু ব্রাহ্মন মতৌ মনাওন পিরুদুন পৈশা য়াম্ন কংলে। অঙাং অদুগী মমিং মারুঠাপিরান কৌরমই। পাটিনাটু পিল্যার অমদি মাগী শুপীন অঙাং অদুবু মচা ওইন য়োকখৎলমই।

নোংম চহি হৱা ৱরক ঙরকপ মতমদ মারুঠাপিরাম্না পাটিনাটু পিল্যারগী মফমদ সমুদ্র য়াংমদ ললোনব চৎকে হায়রমই। মচা শুপাবু থাপন চৎথোকখৎলিংঙ্গবসু য়ামন য়ান চৎচনব য়াথং পীবিরমই। মতম খরগী মতুংদ মারুঠাপিরান অদু মান পুখিব পোৎ পুম্নমক অদু ষষ্ঠি অমস্তং লৈঙোই খরগ শিন্নরমদুন হল্লক্লে।

মান ময়ুম য়োৱমদাইদ মীনাইশিংদ মপাদ পীয়ু হায়দুন উপু অমা পীরমই অদুগ মহাক মশামক্তি অস্থ্রম মফম খঙদন মাঙথোক্খে। মাগী মপান মমল য়াম্নব পোৎশিংগী মহুত্ত ষষ্ঠি খর পুরকপ মাগী মচাগী অপঙব অদুদ য়াম্ন শুংঙাইখিদে। অদুবু ষষ্ঠি মপাক অম থুগাইক্লবদ মন্থুংদ মমল য়াম্নব মনিমুক্তা য়াম্ন য়াওরম্লে অদুগ লৈঙোই অদুন্ন সনা ওম্লে। উপু অদু হাংদোক্লবদ পাটিনাটু পিল্যারন চে মচেৎ অমগ য়েন্তুম অতেকপ খরগন্থ কংখি। চে মচেৎ অদুদ য়াহৈশিং অসি ইরম্মি "অমনব, অতেকপ য়েন্তুম অসিন ফাওব নংগী নতুং ইমোই।"

খুদক অহমক্তদ পটিনাটু পিল্যারদ জ্ঞান ফাওরকখি। মতম অদু হদ মানা অঙাং অদু ভগবান শিবনি হায়ন খঙখি। মহাক্ল

খুদক অদুমক্তদ মাগী মকোক ওইব অকিমাক সেন্দনাব হায়বদুদ লন পুম্নমক ছপ্নোকখিনব হুকুম তৌখি। অদুগ মাম সন্তাস লৌদন মাগী সহরু অদুদ লৈখি। কিবম্ন অসি মাগী মখি মতাশিংদ য়াম্ন অরাব অম ওইখি। মাগী মচল মুপীনু মবুংন অচুম্ন চাক্লিন্দুনা হিংগদবগী শরুকপুদি শিন্দখিরম্নে হেন্ কৈ হায়রন থনখী। মাগ মবুংদু হু পীক্লদুনা হাৎকে নীংখি। অদুন মান অথুম অহাও থরদ হু হাপচিন্দুনা মবুংগী চারুব পীখি। পাটিনাটুনা হায়খি "মী মশাগী কত্তবুন য়ী অদুবু চাকচৈ। অদুন অথুম অহাও অসিন য়ুম অসি মৈ চাক্লসু"। অসি হায়দুনা হু হাপলব সন্দেশ অদু মচলম্নুপীগী মুগ্ৰথক হনগৎখ্রে অদুবু অওকপদি য়ুম পুম্নমক মৈ চাক্লন উৎ ওনখরে।

মতম খর্ম্ন লৈরগ মাগী মমা শিখয়ে। মান মমাবু লফুন মৈ থাখী। মাগী বোগমী শক্তিন লকুচু মৈ চাকখি। পাটিনাটু পিল্যায়রন মতুংদ ঠাকুরজাত্ব লাকখি অমসুং মকম অদুদ মান ভারতিচ্ছাকী মহারাজদগী ব্রহ্মজ্ঞানগী দিক্ষা লৌখি। মহাক অঙ্ককণ উপক্রপক্কি থবক কম্না শ্লৈয়মই।

পাটিনাটু পিল্যায়রন মীওইবগী সংসারিক জীবন অমুম্নক্ মাম্নাপ মখি লেনব মৈশৈ কম্নাসু শকখি। মখাগী অসি মদুগী খুদম অমনি।

"কীচু কীচু অবলম,
কীয়া কীয়া অবলম,

মচু মচু অপ্লম,

মায়া মায়া অপ্লম।

অঙাংন হেক পোকপগ কীচু কীচু হায়রুন কপই। অঙাং অচুন মীওইশুন্তন চাওখৎলক্লগ বিশ্ববিদ্যালয়গী উপাধিনচিংব পায়রুন অপঙব মায়ান কুপ্তুন কোয়চেল চল্লি। মসিনি "কীয় কীয়া" হায়বিবসি। অহন ওইবক্রবদ মপোক্ক ঙোয়রুন খোঙথাং শোয়রক্লব অসি "মচু মচু" হায়রিবসিনি। মচুদগীদি মীওইবসি শিরে। মসিনি 'মায়া মায়া অপ্লম' হায়রিবসি। তোইশুমক্লং 'অপ্লম' থম্মোই অকাশ, পূমবক অস্থপ্প নত্রগ পর-ব্রহ্ম অহুদি মহাক থঙথিত্রে।

অসিগুম্ব ইনাক খুল্লব মুপা অসি সন্যাস লৌখি। ইনাক-খুলব মীশিংন লম্বোইহুন ঈশ্বর ফংনবগী সাধন তৌখিব সংসার অসিদ মশীং নাইদন খুদম নৈ। খরাইদগী মুঙাইব পূসিদি সন্যাস জীবনসিনি। অতৈ অতোপ্পশিংদি সংসার অসিদ অরাব ঙাক্তনি। সঙ্করাচার্য্যন মাগী ধন্যঅস্তকাদ হায়।

"অরাব, নরক তাব পুম্বকী হোয়ককম ওইরব মুবগী ফুংশিব অসিবু থাদোক্তুন, অত্মাজ্ঞানবু খোরাংঙব, উপনিষদদ হায়ব অচুম্বগী অমৃত অহুম্বু থকচব, পোৎশিংগী মুঙাইব থাদোক্তুন মথম্মোইদ অপাম্ব নৈত্রব লাইবক ফুরব অম্মাশিংন মরুপ মপাং অদদি লোয়নব কনা য়াওদব অচিকপদ কোবল চৎলি।"

---

# মহাত্মা কবির অমসুং মচানুপা কমল

জপ যোগ :—

কমলন ইনাকখুনব ললোনব মুপা অমদ মাগী কুষ্ঠোগী অনাব কোক্লনবগীদমক রামগী নাম অশিমক শোল্লু হায়রুবগীদমক কবিরন থীন চৈখি। কমলন ললোনব মুপা অদুদ রামগী নাম অনিরক শোল্লু হায়রুরে অদুবু অথাবছুদি কত্রে। কমলন থৌদোক অদি মপাদ তম্লুরে। কবিরন যাম্না শাউরে অদুগ কমলদ হায়রকই : "নংন ললোনব মুপা অদুদ রামগী নাম অনিরক শোল্লু হায়রুহুন ঐবু মিংচৎ থীহল্লে। রামগী নামদি অমুক্তং শোনবন চপ চারবনি। হৌজিক ললোনব মুপদু মকোক চৈন থীন ফু। মাবু গঙ্গাগী ঈশিংদ লেপহল্লু অদুগ মথম্মোই শোক্ল রামগী নাম অমুক্তং শোলহল্লু।" কমলন মপান তাকপ অদু তৌরে। ললোনব মুপা অদুবু মকোক্ত থীন ফুরে। ললোনব মুপা অদুন মথম্মোই শোক্ল, ভাব যাওন রামগী নাম অমুকং শোনখি। মাগী কুষ্ঠিগী লায়রন অদু পূমকোক কোকখি।

কবিরনা কমলবু তুলসিদাসগী মকমদ থাখিরমই। কমলগী মথাওদ তুলসিদাসন তুলসি মনা অমদ রামগী নাম ইরগ ঈশিং লুপ্ত,ন বুষ্টি:রাগী মাথৈদ মথক চাইরমই। পূরমক অথাব ফখিরমই। কমল অদু থম থেংন তকখিরমই। মথংদ কবিরন কমলবু 'মবিৎ উত্রব সুরদাসগী মকমদ থাখিরমই। সুরদাসন কমলবু তুরেন্দ তাউথরকপ অশিব মীগী হকচাং অম পূরকত্ত

কমজনীংলমই। সুরুচিবু কিবদগী উত্তানপাদন মখুৎ অদুন ধ্রুববু কোনবিরমদে। মতম অদুদ সুরুচি মশামক্ল অঙাং অদুবু মদুদ কম্বগী মতিক চাদব অমনি হায়দুন তাক্লোকখি। মমা পোক্তবীগী অখাব ৱাহৈন য়ুৎখিবন ধ্রুবন খুদক অদু-মক্তদ মকম অদু থাদোক্তুন মমাগী মকমদ মাগী অৱাবশিং অদু লীরুরে। সুনিতীন মাগী চহি মঙাদ ঙায়রিব মচানুবু তপস্যা তৌ হায়ন পাউতাক পীশিল্লুরে। ধ্রুবন মতম মাঙহনব তৌদন মমাদ হ য়ব মতুং ইন্না তপস্যা তৌনবগীদমক ময়ুম থাদোকখ্রে। লম্বীদ নারদগ শেংনখি। মগুন লৈরব ঋষিদুন হায়রকই, "নংদি অঙাং ওইরি ধ্রুব। মপোক কয়া চঙন অপাম্ব থাদোকতুন ধ্যান তৌব অমদি অকনব যোগতন কংব য়াবদুবু নংন তপ তৌদুন কংব কয়ম্ব ওইথোক্তদোরিবা? নংগী থৌরাং অসিদগী হল্লো সুপামচা। নংন হয়েং অহল ওইরগ সংসারগী সুংঙাইবশিং অসি লোইরব মতুংদ হোৎনৌ।" তৌইগুম্বসুং, ধ্রুবন মাগী ৱাখল অদু থাদোকতন লেপখ্রে অমসুং নারদদ করম তৌন ধ্যান তৌগদগে হায়জরমই। নারদন ধ্রুববু অঙকপ মন্ত্র "ওঁ নম ভগবতে বাসুদেবায়" অসিদ দিক্ষা পীরে অদুগ করম ভগবান বাসুদেববু ধ্যান তৌগদগে হায়বদুসু তাকপিরে অমসুং মতম পুমনমক্ত ভগবানন লৈব মথুরাদ তপ তৌ হায়বিরমই। ধ্রুবন সুমিৎ কয়ানিমুক মথোঙ নাম-তন লেপ্লুন, সুংশিনতন চিন্নাক ওইদুন অকনব তপ তৌখি-রমই। নিংথৌ মচা অসিন মমৈথংদ প্রাণ (খয়) বু জয় তৌরে

অমসুং অকনব ধ্যানন ময়ম ওইদুন মাগী থম্মোয়দ ভগবানগী মঙাল ফাওরক্লে। সমাধি কায়রবদ ভগবানন মঙাল অদু লোৎশিনখ্রে। অদুবু ধ্রুবন ভগবান অদুমক মমাঙদ লেপ্তুনা লৈরম্ব থেংনরে। মতম খর মঙোন্দগী য়াইহ অমত্ত থোক্তে. ভগবানন মঙোন্দ হায়রিখি : 'হে ক্ষেত্রিগী অঙাং, ঐ নংগী অনীংবদু খঙলে। নং মতম পূম্বমক্ত অৱাৎ-অপা লৈরম্ভু। মতম পূম্বমক্ত অপেনবদ ওইরব, ফজরব মফম অম ঐন নঙোন্দ পীরবনি। গ্রহ, উপগ্রহশিংন মফম অদুদ লৈগনি। মফম অদুদ লৈবশিংন কল্প অম পূম্বিগনি, অদুগ লৈবাক অচদি কৈদোউদসু মাঙব নাইরোই। ধর্ম্ম, অগ্নি, কাশ্যপ, ইন্দ্র অমদি ঋষি তরেৎ অমদি অতিয়াগী অরংব পূম্বমক্ত মফম অদুবু লেপ্তুন কে য়গনি। নংন সিংহাসনদ নপাগী মহুৎশিনগনি, অদুগ চহি লিশিং কুন্থ্রাতরুক পানগনি। নংগী নচিন ননাও, উত্তমাদি উমংদ মাঙখ্রগনি। নংগী নমা পোক্তবী সুরুচিদি মচাগী অৱাবন শিথগনি। নংন অরোইবদ লৈগদবদি ঋষিশিংদগী হেন্না য়াংব, অমুক হনব লৈররোইদব ঐগী লৈফমনি।"

ধ্রুবন মপা-মমাগী মফমদ হনখিবদ মপান মাবু সিংহাসনদ থাক্লৎপিরে। ধ্রুবন হনখিবদ শিশুমরাগী মচানুপী ব্রহ্মনি লুহোংদুন কাললা অমসুং ভৎসরা কৌব মচা নুপা অনি পোকখি। মহাক্কী ইহান হায়না পোকপা উৎকলা কৌব মচা নুপা অমসু লৈরমই। উত্তমাদি শাদানব চৎপদ্ কল্লব যথ অমন হাৎখি। ধ্রুবন মনাও হাৎখিব যথ অদুগী মথক্ত লমন

থুম্নবগীদমক অৱাং পাংন চৎখি। মহাক্ন লান্দ অপঙব যথ অমম্নং কিনাৱা লিশিং লিশিং হাৎখি। মম্নুন মখোয়বু মুংশিবিরহুন মশুম্নুপাবু লান লেপ্নব হায়খি। ধ্রুবনা মহুন হায়বহু ইনখিরমই, মহুদ যথগী নিংথৌ কুবেরন য়াম্ন মুংঙাইজখি অহুন মান থোজানবীখি। চহি লিশিং কুন্থ্রাতরুক্তী মতুংদ বিষ্ণুগী মনাই সানন্দ অমম্নুং নন্দন দোলাই পূরক্নুন তাকপিখিব মফম অহুদ পুখি।

---

# শিষ্য অমগী বারী

অচৌব তুরেল অমগী মপান্দ লাইশঙ অমদ শিষ্য লিশিং কয়ামুক লৈব অচৌব গুরু অমন মাগী অৱোইব মতমদ শিষ্য পুম্নমকপু অমুক্নং পুম্ন উম্ননীংলমই। অচৌব গুরু অহুগী লুন তৌহ্নব শিষ্য থরদি অহিং মুপিল মিকুপ মাহুম য়েংহুন গুরু অসিন অৱোইব মতম য়ৌশিল্লক্নব মতম অসিদ মাথু অম্নপ চাউব গুন চেলহনব অৱোনব তত্ত্ব কয়া তাকপিরক্নদোবোই নীংহুন মনাক্ত লৈরমই। মরমদি গুরু অহুন মখোয়দ অৱোনব মন্ত্র কয়া তম্বীথ্রবম্ন মখোয়ন শক্তি অমত্ত ফংদবন অতোপ্প অৱোনব মন্ত্র কয়া অম থাক্তুন থমলিবোই নীংই। লম লমদগী পুং থুদিংগী শিষ্য কয়া লাক্নুন আশা কয়া তৌন ঙইনরমই।

হৌক্তিক, তুরেল ৱাংমদ, অয়াপ্পদ লৈব নোঙ্গ্লুরুব শিষ্য অমম্তু য়োরকলমই। তৌইগুম্বগুং, ঈশিং য়াম্না চাউরব তুরেল অদু ঈ য় কনবন হি ফাওব লানব ঙংলবদে। মাদি শোয়রব য়াদে, অদুবু করিদি তৌগনি? মাগী গুরুন পীব মন্ত্র অসি তৌগে হায়বদ ঙম অকনব শক্তী অমনি হায়না মান খনখি। মসি মাগী থাজবনি অমুম্ন থাজন, মপুক্লিগুন মন্ত্র অদু শোল্লদুনা তুরেলগী ঈশিং মথক্ত লানখি। মদু উহৌব শিষ্য পুন্নমক মাগী শক্তি অদুদ অঙকপ অম ওইনখি। মতম কুইনগী মমাঙদ গুরু গী মকমদ নোংমতং লাক্লমদুনা করিনো খর তমখিব শিষ্যদুনি হায়ব খঙনয়বনি অমসুং গুরুন মঙোন্দ অরোনব তত্ত্ব অদু তাক-খোকখে হায়না খন্নখি। মতম অমুক কুইব থাদোকুন সেবা তৌজরকপ ঐখোয়গদি অরোনব অদু তাকপিদনা মতম কুইনগী মমাঙদ নোংমতং লাক্লগা, শকখঙদবা অসিগদি তাকখোকই হায়দুনা মখোয়গী গুরু অদুব হায়জরমই।

গুরু অমুন, মোমোন নোক্লদুনা তুমিন্না লৈনবা মখুং হাইরকই, অদুগ মাগী শিষ্য অদু কৌশিল্লদুনা থাইনা মঙোন্দ করি তাকখিবগে হংলমই মাগ য়াম্না খোয়াংনা, নোঙ্গ্লু "কুহু-কুহু" হায়ব নাম অসি শোল্লি হায়ব তংবদ লাংতকুন ময়াগ অদু ঙকপন থেংখিরমই। গুরুদুনা হায়রকই "য়েংউ, মসিদ মান পুন্নমক কাবৈ হায়বা থল্লি। অদুন মাগী খাজব, পুক্লিং চঙব অমদি নোঙ্গ্লুকপ অদুনা মঙোন্দ মনা পীবনি। তৌইগুম্বগুং নখোয়দি মতম পুন্নমক ঐন নখোয়দ খাইদগী শক্তি লৈরব মন্ত্র অদু হাংদোক্লুব কাওবদ নপুক্লিংদ

চিংনব থাদোক্তে অমসুং ঐন নখোয়দ অরোনবদু হায়দোক্লি। হায়দুনত খল্লি।

মাসিদন নখোয়গী নপুক্লিং অদু চণ্ডহন্দে, অদুগ অচৌব অরোনব অমগী ৱাখল অদু নপুক্লিংদ থমদুন লৈ। মন্নবু নপুক্লিংদ মপুংফাদে হায়দুন খল্লি। মপুং ফাদে হায়বসিদ হেক্লিম খনখিব অদুমক্তন মপুং ফাদব ওই।

---

# শঙ্গোম য়োনবী অমসুং পণ্ডিত

পণ্ডিত অমদ মুতিগী শঙ্গোম পীব মুপী অম লৈরমই। য়াম্ন খণ্ডহৈরব পণ্ডিত অদুন ভাষন পীব, ৱারী লীব অমসুং ধর্ম্ম শন্দোকপগী থবক তৌই। শঙ্গোম য়োনবী অসিন পণ্ডিত অদুগী মফমদ লাকপদ খোং মচা অম লাল্লমই। নোংমদি নোং কম্ন তাবদগী তুরেল মচাদু ঈশিং চাউদুন মুপীদু খর থেঙন য়ৌরক্লমই। পণ্ডিত অদুন মান থেঙন লাকপগী মরম হংলমই। তুরেল ঈশিং চাউদুন ঙম্ন লাকপ ঙমদবনি হায়দুন মুপীদুন থুগথি। 'ঈশ্বরগী নাম অমতং শোনবদ মী লিশিং লিশিংন সমুদ্র ফাওব লায়ন লাম্থোকই, অদুগ নংদি পীকথ্রব তুরেল মচাসি ফাওব লানব ঙমদব" হায়রমই।

পণ্ডিতকী ৱা তাবদ শঙ্গোম য়োনবী অদু য়াম্ন থাজরে। থুনক অদুমক্তদ মপুক্লিং ওনখ্রে। মথংগী মুমিন্ত মান লাকপদ

অমুকস্থু হয় ঈশিং চাউরমই, তৌইগুম্বস্নুং মহাক্ল পণ্ডিতকী রা অদু নীংশিঙনজ্জুন পুক্লিংচগুন, ভক্তি তৌন, শেংলবা নাম অদু শোন্নরন ঈ শং চাউরিবা থোং অদু লাম্থোকখি। ঈশিং চাউরিবা থোং অদু লাম্থোক্তুনু করম্ব অমুক ওম্ব লাক্লিবনো হায়বদু পণ্ডিত অদুন হংখি শঙ্গোম য়োনবী অদুগ্ন পণ্ডিতজীন তাকপিবা ঈশ্বরগী নাম অদু শোন্দুনা তুরেল লাম্লমই হায়না তমখি।

পণ্ডিত অদু গুকপদা থেংখে। মান মশামক চাং য়েংদুনা খঙনীংলে, তৌইগুম্বস্নুং মান ঈশিং চাউরিবা তুরেল অদু লাম্লবা লাক্লবদা ঈরাক্লদুনা শিরমগদৌরে।

পণ্ডিত অদুদি থাজবা লৈতে। মাদি ইচম-চম্ব য়াইরিক খর তমজরুবদনি। অদুনা মাবু কনবিখিদবনি। মরম অদুনা ঈশ্বরগী নামবু য়াম্ন থাজনা ভক্তি তৌনা শোন্নু। নংবু মতম পুম্নমক্ত ঈশ্বরগী নামনা কনবিগনি।

---

## রামায়নগী রারী অম্ব

মকোক তরা পানবা রাবনবু মায়খিবা মীরবা মতুংদা সীতা, রামনা বিভিসন ( রাবনগী মনাও রামগী ভক্ত ) অমদি মাগী মনাই খরগা লোয়নননা আযোধ্যাদা হল্লক্লে। রামগী অভিসেক লোইরগুনা অতম অমৌ পুম্নমক মযুম মযুমদা হমখরে। রামগী য়াথং মতুং ইরবিভিসনদি মতম খর শাংথনা লৈখি। য়োজিক বিভিসনা অমদি

মাগী লোয়নবশিং অদুন লঙ্কাদ হনখিবদ হায় থুদেকথরব, কাওরব থোং সেতু-বন্ধ অদু করম্ লানগদগে হায়ব রাকম অসি খল্লকখি। বিভিসনগী মফমদদি রাকম অসি য়াম্ন অরাইব অমনি। মহাক্ অশ্বথ উগী উনা অম লৌরকুন "শ্রীরাম" হায়বসি ইরগ কি অমদ কম্ কিশিল্লে। অদুগ মাগী মী অমদ পীরগ হায় "কিশি অসি পায়শিল্লু অদুগ সমুদ্রগী ঈশিং মথুংদ লূপশিল্লু মান নংবু লায়ন লম্বা পীবিগনি।" হিংচাবদুন পুক্লিং অনি লোঙদন কিশিদু কম্ পায়রক্লন সমুদ্রদ চোংথখরে। অদুবু লাইগী শক্তি অঙকপনি, হিংচাব অদুন লম্বী ফংদুন অতোপ্প তোর্বান য়ৌখরে।

অদুবু অতোপ্প অমন ঈশিং ঈয়াই য়োরকপদ ঐখোয়গী ইবুংঙোন কিশি অসিদ অঙকপ করি কিরিগদগে হায়দুন চিংনব, খঙনীংব হেনগৎলকুন খুদক্ত কিশি অদু থোক্লরে। অকংব উনা অম হেক উবদ মহাক নোক্লিংলুরে অমসুং মদুদ "শ্রীরাম" হায়ন ইব উবদ মসিন সমুদ্র অসিদ করম্, করাদ অঙকপ তৌরিব হায়ব চিংনন খনখি। মবুক্লিংদ চিংনব রাখলন হেন্ন চঙলকপদ খঙহৌদন সমুদ্রগী ঈশিংন থুমহৎলকুন লোকম অম শেমখি।

—লোইরব—



# অরানব চুমথোকপ

য়েংবিগদবঃ—পাঠকশিংনা চুমথোক্কুনা পাবিবদি য়াব অরুবা অয়াং, অমসুং না-পু তাবশিং অচুদি চুমথোকচল্লে। মক ওইব য়াহৈ ওইনা লানব থরগীদমক্তদি মথাগী চুমথোকচরিব অসিদ মিৎয়েং তাবিগনি।

| মাই | পরেং | অরানব | অচুম্ব |
|---|---|---|---|
| ১৭ | ৬ | থ্বাইদগী | থ্বাইদগী |
| ১৭ | ২২ | মথক্ত | মথক্ত |
| ১৮ | ২ | থোগী | থোংগী |
| ১৮ | ১১ | ঙানাথবহ্ন | ঙানথিবহ্ন |
| ১৯ | ৮ | কয় | কায় |
| ২৪ | ১৮ | মশদগী | মশাদগী |
| ২৫ | ১ | পৈশ | পৈশা |
| ২৫ | ৯ | হুঙইবদি | হুংঙাইবদি |
| ২৫ | ১৫ | মেহ | মোহ |
| ২৬ | ১ | অমদ | অম |
| ২৬ | ১২ | থংবোকশঙ | থাংপোকশঙ |
| ২৬ | ১৩ | ফুলি | ফুমলি |
| ২৬ | ১৩ | লগৈ | লনগৈ |
| ২৭ | ৩ | আবিদ্য | অবিদ্যা |
| ২৭ | ১৯ | মিৎয়েং | মিৎয়েং |
| ২৯ | ৯ | থম্মোইদ | থম্মোইদ |
| ৩০ | ৯ | কঙমদ্রব | কংঙমদ্রব |
| ৩৩ | ১ | থবাইদগী | থবাইদগী |
| ৩৭ | ২ | মনি | মানি |
| ৪১ | ১ | লম্বোইব | লম্বোইব |
| ৪১ | ১১ | সন্যসগী | সন্যাসগী |
| ৪১ | ১২ | ঐঙেন্দ | ঐঙোন্দ |

| লামাই | পরেং | অয়ানব | অচুম |
|---|---|---|---|
| ৪৩ | ১ | হুশিবহুনি | হুংশিবহুনি |
| ৪৯ | ৯ | গোয়াখনাথবু | গোরাখনাথবু |
| ৪৯ | ১৪ | মতুংদ | মথুংদ |
| ৪৯ | ২০ | মনাদ | মশাদ |
| ৫০ | ১০ | মমাদ | মশাদ |
| ৫১ | ৪ | চাকথেকহুম্নিংলত্র | চাকথেকহুম্নি. |
| ৫১ | ৮ | অব্যবসিগী | অবাবসিগী |
| ৫১ | ২০ | গোপিচান্দ | গোপিচান্দবু |
| ৫২ | ১ | লন্দীদ | লম্বীদ |
| ৫৪ | ১২ | থৌবনি | থৌবনি |
| ৫৫ | ১৩ | হীয়নাকাও | হায়নফাও |
| ৫৬ | ২ | য়মন | য়াম |
| ৫৭ | ১৯ | লেনব | লৈনব |
| ৫৮ | ৫ | কীয় | কীয়া |
| ৫৮ | ৬ | হায়বিবসি | হায়রিবতি |
| ৫৮ | ১৯ | ফুরব | ফরব |
| ৫৯ | ১০ | হুপহু | হুপাহু |
| ৫৯ | ১৪ | অমুকং | অমুক্তং |
| ৫৯ | ১৫ | লায়ন | লায়না |
| ৬০ | ৭ | ইবুঙা | ইবুঙো |
| ৬০ | ১৪ | রেমদ | রোমদ |
| ৬৩ | ১২ | হুথিল | হুংথিল |
| ৬৬ | ৩ | ঊশং | ঊশিং |
| ৬৬ | ৬ | লায়মই | লায়কই |

মখূম য়েকপা :—শ্রীঅরিবম একান্ত শর্ম্ম,
চীংঙা মথক, য়ুম্নাম লৈকাই, ইম্ফাল।

য়োক শাব :—শ্রীককচিংতাবম গৌরতোম্বী শর্ম্ম,
শীংজমৈ ক্ষেত্রি লৈকাই, ইম্ফাল।

## লাইরিক ফংফমশিং :—

(ক) সিংহস বুক ষ্টোল,
পাউনা রোড, ইম্ফাল।

(খ) ওয়েষ্ট বুক ষ্টোল,
শীংজমৈ বাজার, পোঃ আঃ শীংজমৈ।

(গ) প্রাইভেৎ পেনফ্রেণ্ডসিপ সার্ভিস,
শীংতৌন [illegible] পুখ্রম্বম লৈরক, ইম্ফাল।

(ঘ) ইম্ফালগী অতোপ্পা লাইরিক ফংফমশিং।